


# Manipur University Library

Canchipur, Imphal-3, India

*Ph. 0385-2435046/2435098*
*Fax 0385-2435046*
*librarian@manipuruniv.ac.in*
*al@manipuruniv.ac.in*
*+91-9862036130 (M)*
*+91-8119947334 (M)*


**No MU/Lib/IRTPLA/14 /1** **01 October 2014**

To,

The Director
INFLIBNET Centre
Infocity, Gandhinagar-382 007
Gujarat, India

Sub Proposal for organising IRTPLA, 2014 at Manipur University Library, Imphal and request for giving Financial Assistant of Rs 75, 000 /- for the programme

Sir,

As directed by the Librarian, Manipur University I have the honour to state that the number of colleges using SOUL as the library automation software in our state has been increasing, the library is keen to organise a workshop on IRTPLA (INFLIBNET Regional Training Programme in Library Automation) for five days so that the lacuna of the latest version i e SOUL 2 0 amongst the old version of SOUL users will be upgraded The workshop will help to train the library working professionals not only for the Manipur University but also for the colleges affiliated to the University to upgrade their earlier version and to install the new version to the inspiring colleges of Manipur

For organising the training program of SOUL 2 0, there are sufficient computers for hand on practice of installation both for the university and college version

May I, therefore, request you to kindly consider our proposal to conduct this valuable workshop at Manipur University Library For organising this programme the suitable month in Manipur is October/November The exact date may however be fixed by the INFLIBNET Centre and the same may kindly be intimated to us Your terms and conditions of the IRTPLA will be strictly followed by us

Thanking you

**Yours Faithfully,**

01/10/2014

**(M Lokendro Singh)**
Assistant Librarian
Manipur University

# [illegible]

# লকানুংগী শৈরোল

এদিতর

উলেল্ মীতৈ

সব এদিতব

লাইমুজম বামেশচন্দ্র

লৈশাংথেম ইবেযাইমা

ওজিৎকুমাব লুৱাংচা



শৈহেক শৈবেং শৈপান শেমগৎ লূপ

*Lakanung-gee Sheirol*
an anthology of 132 lyrical poems
by 27 lyricist and published by
SHEIPAN, Imphal-795 001, Manipur



অফোঙবা ঃ আই সি এসেম, সেক্রেটরি, শৈপান,
ইম্ফাল-৭৯৫০০১ না মণিপুরগীদমক ফোঙবা।

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০১৩
মখুম দিজাইন ঃ বনধীর কুমার যেন্দ্রেম্বম
মমল ঃ লুপা ১৯০

**লাইরিক ফংফম :**

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল
শৈপানগী ওফিস
লাইরিক যোনবা দুকানশিং

**শৈপানগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

১। *মতমগী ঈশৈ* (২০০৭)
এদিতর: দোনেশ্বর কোন্সম
২। *লৈবাক নীংবা ঈশৈ* (২০০৮)
এদিতর: রাজেন খুমুকচম
৩। *লাইশোন ঈশৈ* (২০০৯)
এদিতর: রাজেন খুমুকচম
৪। *শৈপানগী ঈশৈ* (২০১০)
এদিতর: রাজেন খুমুকচম
৫। *নুংওন ঈশৈ* (২০১২)
এদিতর: থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ

*লাইরিক অসিদা যাওরিবা ঈশৈ-শৈরেংশিং অসি রিসার্চকীদমক নত্তনা অতৈ হীরমশিংদা শৈপানগী অযাবা যাওদনা মপূম নৎত্রগা মচেৎ ওইনা লৌথোকপা, ফোঙলিবা লাইরিক্কী মওং অসি নত্তবা অতোপ্পা মওং অমদা ইলেক্ট্রোনিক্সকী পান্থৈ যাওনা শান্দোকপা, থমজিনবা অমদি নমথোকপা যাবোই। কনাগুম্বনা শীজিন্ননীংবা লৈরবদি মাঙজৌননা শৈপানদগী অইবা ওইনা অযাবা লৌগদবনি।*

য়াইবিরেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উরিপোক খ্যাই ব্রহ্মপুর, বীর তিকেন্দ্রজিৎ ফ্লাইওভর মনাক, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১, মণিপুরদা টাইপসেট তৌদুনা নম্বা।

নুংশিবগী লম্বীদা
ঈশৈ ঙংদুনা চৎলিবা চৎলিবীশিংগী
মফমদা

# প্রসিডেন্টকী ৱাবোল

শৈহেক শৈবেং শৈপান শেমগৎ লূপ অশম্বীদা শৈপান অগষ্ট ২২, ২০০৭ তা লিংখৎখিবনি। শৈপানগী পান্দমদি তক-তনানবা লোন্দা-পুদাদা ঈশৈ মযেক, মযাম পূন্না তামিন্নবদা নুংঙাইগদবা, অমেঙবা অথোৎপা খোল্লে খোন্দাদা শকপা যাবা ঈশৈ মযেক ইবা কাঙলূপ শেমগৎপসিনি।

অহানবা ওইনা *মতমগী ঈশৈ* মিংথোনবা লাইবিক অমা ডিসেম্বর ৩০, ২০০৭ নোংমাইজিং নুমিত্তা পূং ১২ ৩০ তাবদা মণিপুরী হিন্দী পরিষদকী হোলদা ফোঙদোকখি। মসিগী এদিটর দোনেশ্বর কোন্সমনা ওইবিখি।

অনীশুবদা *লৈবাক নীংবা ঈশৈ* মিংথোনবা লাইবিক অমা ডিসেম্বর ১৩, ২০০৮ দা পুথোকচখ্রে। মসি ফাওবদা ঐখোযগী পান্দম ঈশৈ ওইনা শকহন্দুনা মীযাম তাহনবা হাযবদুদি পাঙথোকপা ঙমখিদে।

অহুমশুবদা *লাইশোন ঈশৈ* মিংথোনবা লাইবিক অমা ডিসেম্বর ৩১, ২০০৯ দা পুথোকচখ্রে এম দি যু হোলদা নুংথিল পূং ১ ৩০ তাবদা। মসিদদি পান্দম অদুমক যৌবা ঙমদ্রগসু শৈশকপা-শৈশকপীশিংনা ঈশৈ ওইনা শকহন্দুনা মীযামদা তাহনজখি। নুংঙাইজখি।

মরিশুবা ওইনা *শৈপানগী ঈশৈ* মিংথোনবা লাইবিক অমা জুলাই ৭, ২০১০ দা পুথোকচখ্রে। অকোনবগী লাইবিক অহুমসি ফাওবগী এদিটর বাজেন খুমুকচম্মা ওইবিদুনা পুথোকচবনি।

মথং চহী অমা কাংলুবগা লূপ্লোযশিংনা খন্ন-নৈনবগা তরুকশুবা কুমওনদা থৌদাম নেত্রজিৎনা এদিটর ওইবিদুনা *নুংওন ঈশৈ* মিংথোনবা

অৱায-অখূমগী লাইবিক অমা এম দি যুদা অগষ্ট ২২, ২০১২ দা পুথোকখি। মদুদা শৈশকপা-শৈশকপীশিংনা ঈশৈ ওইনা শকপিদুনা মযাম তাহঞ্জবগা লোযননা ওডিও কেসেট অমসু পুথোকপা ঙমজখি।

তকককশুবা ওইনা শৈপানগী তবেৎশুবা কুমওন অগষ্ট ২২, ২০১৩ দা *লকানুংগী শৈবোন* মিংথোনবা লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। ওদিও কেসেট অমসু পুথোকপা ঙম্লবা পান্দম থমজবনি। থবকসি নহা ওইবিবা লূপ্লোযশিংদা শিন্নজবনি। লাইবিকসি মীযামদা শিন্নজবে।

**খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী**

প্রসিডেন্ট, শৈহেক শৈবেং শৈপান শেমগৎ লূপ

(শৈপান)

# এদিতবগী ৱাবোল

অশন্নীদা শৈপান, ঈশৈ ইবা পামজবা পামজবী কযানা পূনশিঞ্জবগা শেমবা লূপ অমনি। লূপ অসিগী ঈশৈ মযেক্কী লাইবিক মঙা ফোঙজখ্রে। হন্দক্কী *লকানুংগী শৈবোল* অসিনা শৈপানগী তরুকশুবা লাইবিক্লি। ঈশৈ মযেক ইবা ইবী মীওই কুনতরুক যাওবি। লাইবিকসি অকক্লবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনখিবনা অইবা অইবীশিংনসু ঈশৈ মযেক তহা তহানা পীবিবকখিবনা লাইবিকসি ওইনবা হোৎনবদা শৈপানগী লূপ্লোই খূদিং ৱামিন্নখি। ঐঙোন্দদি তেংবাংবিনবা ৱাৎতবনা ইশাদি খবা কোমজখি। নুংঙাইজবিবদি, ঙসিদি খ্বাইখিবিক্তা লাইবিকসি খূৎশিন্নজবা ঙমজবদা ঐখোয লোইনা হবাওমিন্নে। অশোয-অঙাম যাওবা থেংনবিববদি মদু তাকপিবকপদা তাজগনি।

উলেল্ মীতৈ

# থৌবুবেলগী ৱাবোল

লেপ্তনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎনা নোংম-নোংমা চঙশিল্লকপনা ঙসিদি শৈহেক শৈবেং শৈপান শেমগৎ লূপ (শৈপান) গী তবেৎশুবা মপোক কুমওন যৌবক্লে। লমদমসিদা লৈবিবা ঈশৈবু পামজবা অমদি নুংশিবিবা, মকুওইনা শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবীশিং পূন্নমক্কী মফমদা শৈপানগী তবেৎশুবা মপোক কুমওন লাকপসিদা যাইফ পাউজেল পীজবি।

হৌখিবা চহীশিংদা তৌখিবগুম হন্দকসু শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবীশিংগী ঈশৈ মযেক খব-খবদং খোমজিনজদুনা *লকানুংগী শৈবোল* হায়না মমিং থোন্দুনা নাইতোম খোঞ্জেলদা শক্রনবা, খোমজিনবা ঈশৈ মযেক্কী লাইবিক অসি পুথোকচবনি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবীশিং অসি অযাম্বনা শৈপানগী হান্নগী মকুওইবা লূপ্লোযশিংনি। শৈপান্না চহী চহীগী ওইনা অনৌবা লূপ্লোযশিং লৌশিন্দুনা, নাইতোম তানা চোইনা চোইনা লৈবিবা শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবীশিংগী খূৎইশিংবু পূক্রিং থৌগৎচবা ওইনা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকচবনি। মতম ঈশৈ অসি তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইনবগীদমক অঙনবা মতমদা লাইওইখ্রবা অমদি ঙসি ঙসিমক চহী যামশিল্লক্লবা অহল-লমনশিংনা কন্না হোৎনবিবম্বনা থাক ৱাংলবা মীপূম খূদিংমক্কা পান্নবা ঈশৈ মখল অমা ওইবে। ফজবা, অফবা ঈশৈ অমা ওইবা হাযবসিদা শক্লিবা শৈশকপা অমসুং শৈশকপী, শৈশেম্বা (শৈপানবা) অমদি মযেক ইবিবা শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবী অহুমগী কৎথোকপা মীনম্বা যাওদবা লেংথোং মান্নবা চঙই। অহুম অসি অমনা অমদগী হেন্দে তাদে, চপ

মান্নন থৌদাং চাউই। কবি কবিগুম্না মতমদা ফজবা ঈশৈ অমবু শক্লিবা শৈশকপা অমসুং শৈশকপী অদুনা মহাক মথন্তগী ওইনা লৌখিদুনা শৈবেংবা, শৈবেংবী অমসুং শৈশেম্না কাউখিবা যাওই। মসিমক্তি তৌহৈদবা অমনি। মসি তৌবোইদবনি।

অবোইবদা, শৈপান মীযামগীনি, শৈপানদা যাওবিযু, ইশাগী ঈশৈ শৈপানদা খূৎশিন্নবিদুনা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকমিন্নসি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংবা অমসুং শৈবেংবী পূম্নমক্না ফজ-ফজবা ঈশৈ মযেকশিং পীবিদুনা লাইবিক ওইনা ফোঙবা যাহনবগীদমক পূম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা ঊৎচবি। লাইবিক অসিগী মখূম লাই অসিবু যেকপিবিবা তামো যেন্দ্রেম্বম বনধিব কুমাববু থাগৎচবি। লোযননা তেল্লবা মতমগী মনুংদা অৱাবা কযা খাঙবিদুনা নম্না লোইশিনবিবিবা তামো ইমোজীৎ নিংঙোম্বম, প্রোপ্রাইটব যাইবিবেন কম্যুনিকেশন্স অমদি প্রেসকী ষ্টাফশিংবু থাগৎপগা লোযননা লমন তোনশিঞ্জবে।

লোযননা তবেৎশুবা শৈপানগী মপোক কুমওন্না লাকপদা পূম্নমক্কী মফমদা যাইফ পাউজেল পীজবগা লোযননা শৈপানগী তক্কশুবা লাইবিক অসি খূৎশিন্নজবি।

চৈচৎ ২৯/০৭/২০১৩ — আই: সি: অসেম

ইঙেনগী ২২ নি পানবা — সেক্রেটবি, শৈপান

# য়াওরিবা ঈশৈ-শৈরেংশিং

## দোনেশ্বব কোন্সম



## কবি সমীব



## দা. তিঐচ. চন্দ্র

## বাজেন খুমুকচম



## ও. সি. মৈবা



## কাংঙবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা



## বঘু লৈশাংথেম

## তি. সি. থিঙ্গোম্বা



## ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম



## সালাম শঙ্গোম শুমফম



## আর. কে. সনাহনবী চনু

## লেনিন খুমনচা



## য়ুম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী



## আই. সি. অসেম



## যাইমা হাওবা

## লাইমুজম রামেশচন্দ্র



## ওজিৎকুমার লুরাংচা



## নোংমাইথেম প্রেমানন্দ



## অখোম রাশো সিংহ

## বনজিৎ সিংহ ইকংবম



## খাঙেনবম ইবেতোন দেবী



## থৌদাম নেত্রজিৎ



## জি. এ. ঘনপ্রিয়া দেবী

## সলাম শান্তিবালা



## বোজিকা নাউবেম



## লৈশাংথেম ইবেযাইমা



## উলেল্ মীতৈ

# নোংমা চৈবাউবা নুমিৎতা

নোংমা চৈবাউবা নুমিৎতা
যাবল পাৎকী লম্বীদা
পুন্সিদা অহানবা ওইনা
নঙগী মাযথোঙ উজখি।

শুমহৎ মীনোক অদুনা
নীংশিংবা অমা পীবম্মী
ঐগী মীৎযেং তথক্লা
নঙগী অবেপ্পা হংজখি
খঙবনি নোংমাইজিং চীংনা।

ৱাদি ঙাঙদনা পীনখি
থম্মোয অনীগী নুংশিবা
নুমিৎতু নীংশিং নীংশিংনা
কোম্বিবৈ খোঙ্গুল লীজবি
খঙবনি যাবল পাৎনসু।

দোনেশ্বব কোন্সম

# পিদা য়েংগনু নঙনা

পিদা য়েংগনু নঙনা
ৱাবী হংগনু পিগী
পেঞ্জে নোক্লগা নঙনা
মোমোন নোকপিযু নঙদি।

ৱাহৈ অমগী মফম
মীনোক লাইৱাগা মান্নে
ওইযু যাইফবা নঙদি
শোঞ্জে থম্মোযদা লোন্না
মসি লাইনিংনি ঐগী।

য়েংজৈ চংখিবদু নঙনা
লোন্না ইকাযনা ঐনা
চৈনা লোৎলগা কপ্লি
নঙনা নোক্লবা ঐদি
মসি থম্মোযগী ৱানি।

দোনেশ্বৰ কোন্সম

# ৱাহৈসিনা নঙবু ৱাহল্লোই

ৱাহৈসিনা নঙবু ৱাহল্লোই
ৱাহন্নবা নত্তে নুংশিবা
পিসিনা থম্মোয়বু লক্লবোই
শীঙ্গুজবনি মদোম তৃমিন
খঙদবা শানা লৈবিয়ু নঙদি।

হাযজগে হাযনিংবা লোইদবি
তমজগে থম্মোযগী মপাউনি
কপ্পবোই ৱাশক্লে ঙসিদি
যেংলবো মীনোক্কী শুমহৎপা
খঙদবা নতৌ উৎলনু নঙদি।

তৃমদনা মঙলাক্লবি ঐদি
মঙলান অসিতনা ৱাহল্লি
মীনোক্কা পিবাংগা যেংনবি
নীংশিংবসে যাম্না ফজৈ
খঙদনা লৈযু নঙগী থম্মোযদি।

দোনেশ্বৰ কোন্সম

# পোইনু থানা লাকপদা

পোইনু থানা লাকপদা
কপ্পনু হায়না থেম্নদবে
ৱাবনু অমুক হাযবদবে
লন্নানবা অমগুম চৎখবে।

নিঙোল ওইবী হৌনশা
ৱাঙাঙ হৈবা লন্নানবা মাগী
থেমজিনবা ৱাহৈ অমনা
পিদো পাম্মুই হাযহন্নিংবনি
কপ্পগী মবমসু হংলমদা
খঙশিন্নদা শানা চৎখবে।

থম্মোয লোন্না হূবিবা
শুমহৎহৈবা নুংশিবা মানি
পাম্মুই নুংশি খল্লুই ঐতনা
চূমথাঙ মখোঙ ওইবা মাদি
মঙগী লম্বী অমদা
উশিন্নদা শানা চৎখবে।

দোনেশ্বৰ কোন্সম

# লমতা থানা লাকপদা

লমতা থানা লাকপদা
নুংশি পাউখোং চল্লবে
থম্মোয় হূবা হৈবসে
ঐগী থম্মোয় হূখবে।

লাপ্না তাবা খোঞ্জেলনা
নুংশি মঙলান মঙহল্লে
নক্না উবা মাযথোঙনা
পুন্সি শক্লোন ওইহল্লে
থৱায ওইবা লাক্লেনে।

যেংলু উক খূদিংদা
নুংশি শক্তম উবক্লে
চেঙলৌ হেনবা মহাকসে
ঐগী ওইবে খঞ্জবে
পূক্লিং ৱাসু ফোঙনবে।

দোনেশ্বৱ কোন্সম

# নঙ লাক্লন্মী ঐবু হংলন্মী

নঙ লাক্লন্মী ঐবু হংলন্মী
তাবগা ঐনা কবিগী কপ্লিবা
কাউদ্রিমাল্লে নঙনদি ঐবু
ঐদি কাউকবে নীংশিংবা থোক্তনা।

চোকথববা হকচাং পোলাং পুদুনা
হল্লববা নহাকপু উনদনা ঐগা
শোল্লবা থম্মোযনা হংলমগনি নথস্তা
নঙবু উননিংদা লোৎখ্রববা ঐবু।

ঐগী খোঙ্গুল লীবক্লম্বদি নঙনা
কাযববা থম্মোযনা খাঙবা ঙমদেনে
কবিগী নুংশিকবি ঙসিফাওবা ঐবু
কাউথোকপা তল্লোনে পোত্থাহল্লো ঐবু।

কবি সমীব

# য়েন্নীংথা নঙসে শক্রোন পুবরা

যেন্নীংথা নঙসে শক্রোন পুবৰা
থম্মোয়বু হায়ফম খঙদ ঙাওহনবা
পৃক্লিংবু মীৎকৃপ থৃদিং ফাজিনবা
তৃমিন্না লৈজগে খল্লম্বী ঐসে
কঙাওনবে ঙসিদি লাক্লবদা নঙ।

নোংদোলথক্তা পাইবিবা চেক্লাশা
ঙাইখোনে নখোযসু তম্বিবম্মু ইফমদা
লম্লানবা কনাবু থেংনবম্বৰা
নুংশিগী লম্বীদা ঙাওচৎনববা
উনবদি অমুক তম্বিবম্মু মকাদা
লম্লানবী অমনা ঙাইহৌই হাযনা।

লম্লানবা ওইবসু কথোক্লগে
থম্মোযবু শেংলবা নফমদা
হিংলিঙৈ পুম্সিনা তাইবংসিদা
তৌরমগে কান্ননবা নুংশিবা নঙতগী
ওইবসনু মসিনা চন্ন খুদোল
হিংলুবগী ঐনা মপোকসিদা।

কবি সমীব

# ঐগী পুন্সিনা নুংশিবা খঙলকঁঙে

ঐগী পুন্সিনা নুংশিবা খঙলকঁঙে
নুংশিদুনা লাকখিবনি নঙবু
ঐগী থম্মোয়না থাজবা থল্লকঁঙে
থমদুনা লাকখিবনি থাজবা নফমদা।

য়েংনিংলুদে কনাবুসু নহাক নত্তনা
পাল্লুদে কনাবুসু খোঙলোয় ওইনা
লাপথোক্লবা হোৎনবি ঙসিদি নঙনা
কবিগী হঙ্গোইনা খনবিবিবা ঐবু।

ইবাল কয়া লৈববসু ঐবু
চৈবম্মু ঐবু পুন্সিগী ওইনা
অপেনবা ওইগনি খল্লবদি নহাক্লা
হায়বম্মু নচীল পেন্না নুংশিদ্রে হায়না
নফমদা পেন্দবা থল্লবোই ঐহাক্লা।

কবি সমীব

# ঐনা করিগুম্বা নুংশিরমদ্রবা নঙবু

ঐনা কবিগুম্বা নুংশিবমদ্রবা নঙবু
খঙলম্লোই অৱাবা কবিনো হায়বা
শীন্থবম্লোই পিবাংসু অহিং খুদিং
মহৈনি খল্লগে নঙবু নুংশিকবগী।

ওইকবনা নুংশিবা মপান নাইদ্রবা
লোইবা নাইববোই মীৎলুগী পিবাংসু
নোকচবি থম্মোয়না পিবাংলকসিদা
মাঙবা লৈববোই ঐগী নুংশিবা।

যেংবিবম্মু ঐঙোন্দা শাউনিংবা মীৎযেংদো
অসুম হেনগৎলক্লবা ঐগী নুংশিবা
চৈবম্মু পেন্না নুংশিদবা উৎতুনা
নুংশিবা মাবু কাউদনবনি খল্লগে।

কবি সমীব

# নীংশিংবা নঙবু চৎথ্রোনে লাপ্না

নীংশিংবা নঙবু চৎথ্রোনে লাপ্না
লৈবনু চীংজাউগুম থম্মোয়নুংদা
হিংগৎহল্লে নঙনা নৌহৌনা অমুক
মাগী ঐগী লৈনখিবা মবী।

নীংশিং নীংশিং নুংশিবা মাবু
নৌহৌনা অমুক কপহল্লে ঐবু
মাগী ঐগী হৌখ্রবা ব্রাবীনা
কাযহল্লে থম্মোয মচেৎ-মচেৎ।

মীৎলু পিবাংসে কংলবোই কৈদৌনুং
অসুম লৈহৌবনি শীম্থু-শীম্থুনা
নীংশিংবা নঙনা থম্মোযদা লৈবিঙৈ
লৈববোই কাউবদি মাগী ব্রাখল।

কবি সমীব

# ঐগী লুহোংবা নুমিৎতা

ঐগী লুহোংবা নুমিৎতা
থম্মোয় কায়না লাকউকো
নঙগী অৱা মৈচাক্তুনা
ওইজগে পুন্সিগী পোত্থাবা।

মীগী ওইখ্রগদবা ঐসে
কবিবু কান্ননি নঙোন্দা
থৱায যাওদ্রবা হকচাং পোলাং
ওইবনি লাইথি নঙোন্দদি।

নহানমখৈ শাগৎচকৃবা
তাইওন্নবে খঞ্জকৃবা পূন্না
অৱাবা অসিতা ফংননবা
নুংশিকৃবা হাযবদু তাবে।

দা তিঐচ চন্দ্র

# কুমগী নোং নুংশিদকো

কুমগী নোং নুংশিদকো
নহাক্কী মতমদি লোইশিল্লক্লে,
কায়নবা তাবেদো ঙসিদি
লাক্লে লাক্লে ঙসিদি নিংথমথা।

নিংথম উলেননা লাকপসিদা
অনৌবা মনা-মশিং কয়ানা
হবাও-মথোই কাবক্লে,
নোইনা জগোয শাবক্লে
যেংবগী পেনবা নাইদবে।

মথংগী চহীনা ল্যাকপসিদা
লৈক্রক চৎলবা লৌবূক লমহাংনা
হবাওনা ওকসনু নখোযবু,
হবাও-তবাম্না নোকমিন্নসি
নৌহৌননা অমুক উনসিকো।

দা তিঐচ চন্দ্র

# ঈয়াইদা শাৎপী থারিকথা

ঈয়াইদা শাৎপী থাবিকথা
নকুমথা য়ৌবে খনববা
নঙনা নুজাগুম শাৎপদি
মালং খোইমু কিদববা।

চোইজাইননা লাইজ থক্তা
নীংবা কাযনা শান্নবদি
অৱা-পোৎলুম খাঙলিববা
কবি পাউখোংনো চল্লিবা।

খঙলে নঙ থম্মোয কনবিনি
কনা খঙহন্দা কনা উহন্দা
থৱায থাগে খনবনবা
হীক্লা হীক্লা কপ্লিবদি।

দা তিঐচ চন্দ্র

# তাইওন্নরে তাইবংপান

তাইওন্নবে তাইবংপান
তাল্লবনি ফংনবা
তম্বীবমদ্রে লাইবকসিদা
ফংঙমদ্রবা মহাক্তো।

হন্দক্কী মপোক্কীদি
কায়ববনি খঞ্জবসে
মঙলানদা উনবনি
অসুম থোকউ তল্লম্বনা
লেল্লেদো কপ্পুনতা।

মৈবানবিগুম ওইগনি
খল্লুদবনা পুক্সিসে
মৈৱাযবক্কে ঙসিদি
অমুক হল্লক্কবোই
হৌখ্রবা ৱাবীসু।

দা তিঐচ চন্দ্র

# কায়নবগী মতম য়ৌরক্লে

কায়নবগী মতম য়ৌবক্লে
কাযনবনি পলেম-পম্মৌ
হাযবিবোনে কাযনবসি
নুংশিববী পলেম।

কুন্দো পবেংনা লিপুন ওই
অনৌবা কাযদোং থিবক্লে,
পোকঙমদ্রবা তাইবং মপোক্তা
পলেমগী লমন, পম্মৌগী লমন
পলেমগী লমন শিংঙমদ্রে,
পম্মৌগী লমন শিংঙমদ্রে।

পুন্সিগী ঱াবী পুদুনা
অমম অঙাল খোঙচত্তা
নুংশি ঈবিক খেন্নহল্লে
হিংবগী মমল যাওহন্দুনা।

দা তিঐচ চন্দ্র

# লাকখিনি হায়রব্বা নঙনা ইনাক্তা

লাকখিনি হায়বব্বা নঙনা ইনাক্তা
চংলববা হল্লক্কবোইদবা খোঙচং অমদা
ঐগী নীংজবা পৃম্না পুবদুনা
নদোম তবক্লা কনা য়াওদনা।

কৌজবি নঙবু হন্না হন্না
হল্লকখো লাকখো তোল্লবী ইনাক্তা
পাঙ্গল শোনবী ওইনা পোক্লবনা
শিংঙমদবে নুংশি নঙগী লমন্দি।

হন্দক মপোক অসিদা ফংখিদ্রবসু
মপোক লাংওন অমদদি ওইনজগে
পুন্সি মানা মদোম লোমদ্রিফাওবা
পাম্মুবা নুংশিবা নঙগী নকাদা।

বাজেন খুমুকচম

# লানখিদে খল্লি ঐদি

লানখিদে খল্লি ঐদি
লানখি হায়বসু নঙতবু নুংশিকবদুনি।

তাইবং চিঞ্জাক মহাও খঙলকঔঙে
নুংশিকবে, মিতাকবে নীংথিববী নঙতবু
নঙনা ইনাক্তা লেপ্লিবিঔঙে মতমদো
নিংথমগী উনখা লাক্কনি নীংশিংলুদে
কালেনগী মৈশা যৌবক্কনিসু খল্লুদে।

অনৌবা কুমওন্না লাকপা খৃদিং
যেন্নীংথাগী মপাউনা যৌবকপা খৃদিং
নীংশিংলকখি নঙগী নুংশি ব্রাহৈশিংদো
নীংশিংলগা কবিগী ব্রাহল্লিবা ঐবু
তাক্লমখো অমুক্তা হাযবমখো নঙনা।

বাজেন খুমুকচম

# অহিং ওইরে তূমহল্লো

অহিং ওইবে তূমহল্লো
ইকায় খঙদ তৌরনু।

ঐগী মীৎলু পিবাং
নফমদনি হাযজবিবসে ঐনা
শীম্বুবক্লগনু নঙবু কৈদৌবগে
কপহল্লনু ঐবু হীক্ল-হীক্লা।

নীংশিংবা নঙসু চৎখবো
লাপ্পা ইফমদগী তাম্না
নঙগা লৈমিন্নবিবা মখৈ
ফংলবোই ঐদি পোত্থাফম।

বাজেন খুমুকচম

# চংলগে খল্লবরা ঐবু থাদোক্লম

চংলগে খল্লববা ঐবু থাদোক্লম
ওইবদবা মদুনা নঙগী অপেনবা
ঙল্লদবা কাউবা অদুঙৈগী থৌদোকশিং।

লেপ্পা হৈত্রবা নোংজুগী অহিং অমদা
উপায় লৈত নোক্লা নোক্লা খাঙমিন্নখিবা
নিংথমগী ঈংলবা অহিং মমৈ খূদিংদা
ঈংবনা নীক্লবসু নঙনা ইঙদা শাখিবদো।

নীংশিংদবা ঙল্লদবা নঙবু ঙসিদি
মোমোন ওইনজবী নঙগী নতৌদুনা
ঐগী অব্রাবা পূন্না কাউহনবিখিবা
ঙসিদি থোইনা হেন্না মযেক শেংলক্লে।

বাজেন খুমুকচম

# হায়য়ু অমুক্তা চান্নববী

হায়যু অমুক্তা চান্নববী
কবি পেন্দবা লৈখিদুনা
ঐবু অদুক ৱাবৌখিবনো
ঐবু অদুক মীবাইখিবনো।

খঞ্জখিবনি ঐদি মঙলানগুম
পুবিগনি থাগী লৈবাক্তা
লৈচিলদবু তোংলদুনা
হৈনম লৈনম্না চৎবা লৈকোলদা।

ঙসিদি নঙনা লোম্লোক্লবীগুম
মীৎলূ পিবাং ঈহৌনবদি
নঙগী কবি পেন্দবা লৈববগে
থম্মোয় কিশি থোকপিবো।

বাজেন খুমুকচম

# ইকায়বনা তমথোকপসু ঙমদে

ইকায়বনা তমথোকপসু ঙমদে
কিজবনা লীথোকপসু ঙমদে
খঙহন্নিংবনা লৈতাফমদি খঙদে
লোন্না থম্না নুংশিবা।

অপাম্বসু শুম-শুম হেল্লকই
ইপোম নাইবা ঈথক্লুম
যৈবক্লে থশ্মোযদা তক-তক
চোংলকই মিহুলসু দং-দং
নীল্লকই হকচাংসু থক-থক
ফাওবকই চৈনাসু ঐগী ইফমদা।

মীৎকৃপ খৃদিংগী ইমীৎসিনা
উদুনতা লৈনিংই হাযনা
হাযজবদি ঙমদে ইচীলসিনা
ফোঙদোকপসু ঙমদে নফমদা
ননাক্তদি অসুম লৈনিংই
শুক-শুক শানিংই ব্রাবীসু।

ও সি মৈবা

# পূমথন-থল্লে ঐগী হকচাংসে

পূমথন-থল্লে ঐগী হকচাংসে
পাথোক্তুনা লৈবে নুংশিবা
লৌবোনে লৌনিংবা পূন্নমক
পীবগে চিংনবা লৈতনা।

পূক্লিংগী নিংঙাইসে ফনবা
ৱাখলগী অৱাবসে কোক্লবা
তানিংবা যাৱাদো হায়বকঔে
ফাজিন্দুনা অমুক থম্বিনু
খাকপিবনু মীগী ওইখিনি।

নীক-নীক লাউবে মবেং-মবেং লেঙলে
কবি খল্লি খঙনিংবনসু
লৈতাফম খঙদা লাঙতক্লবে
হৈদোকখিনি খনবদা ৱাবে
পাইথোকখিনি খনবদা কিবে
মখুম চেৎনা খুমজিনবিবোনে।

ও সি মৈবা

# পূন্না য়েংলে ফজবী

পূন্না য়েংলে ফজবী
মচেৎ যেংলে নীংথিবী
খওলে নমিং লৈফম।

হযেংসু লাক্কনি লেপ্লস্মু
হংচিৎসু লাক্কনি ঙাইবস্মু
মশেমসু লাক্কনি থোবকউ
অকিবা থাদোক্লো চান্নবী
মোবাইল নম্বর পীবকউ।

নীংশিংদুনা অসুম লৈনবা
রাখী তোযনা শানসি
অহিংদা তৃপ্বা থেম্নসি
মওলানসু তাইবং ওইনবা
তাইবংসু মওলানগা পূনখবে।

ও সি মৈবা

# থানখিবা মতম ঙাইহিবিঙে

থানখিবা মতম ঙাইবিঙে
নৈকায়দা মৌ ওইবক্লে
মতীক চানবা হোৎনবিঙে
ঐগী ওইবা ফংহৌদ্রে।

পূকচেল লেপ্লিনি খল্লুবা
ঐতনা লানবা তাহৌবে
ফজবীগা খঙনকবা
মৈচাক খাঙনবা ওইবগ্লে
ইবলসু তাকহৌবে তুমহৌবে।

মানা কেবগা থোবকপা
নোক্তুনা চৎপা উবগা
খোয়দৌসে প্রোক-প্রোক চাকই
মিহুনসে ফ্রুঙ-ফ্রুঙ চোংঙি
হাযকম খঙদনা শাউনিংঙি।

ও সি মৈবা

## নঙনা লৈকায় ইচল ওইরম্বনা

নঙনা লৈকায় ইচল ওইবম্বনা
ফোঙদোকপা ঙমদ্রে নফমদা
নুংশি হায়না ইচীলনা।

লোন্না য়েংজবসি নত্তনা
ইপাউসে তম্ফম লৈতনা
পূক্লিংগী অপাম্বসে নত্তনা
থম্মোযনা খোয়দাদে কনাবুসু।

ইচীল পেন্না কৌনিংঙি
নুংশি চীবোল তৌনিংঙি
পাঙ্গল থোকপদি ঙমজদে
লোন্না যেংজবসি নত্তনা।

ও সি মৈবা

# খন্থনবনা হেনখিবনা থম্মোয়সে ব্রাহঞ্জখি

খন্থনবনা হেনখিবনা থম্মোয়সে ব্রাহঞ্জখি
থাজদনা পাউথোক্লদ্না মীৎকৃপ্তা ঐবু
নুংশিববু ইকায় খুম্নবিদ্রবা মপোক্লি
নূপা থোক্তনা হিংলুবগী মমলনি খঞ্জবে।

ইচেল ভগ্নবা য়াজংলবী তুবেল
নীংশিংলুম্নু অমুক হঞ্জিন্না ওৎলনু
অচাকপা মৈরীগী মৈশা ফংজবসনু
তাইলরোই কনাদসু ওইবগে ইথন্তগী।

কপ্লবোই নীংশিংদুনা অমুক মাবু
মোইথেম ব্রাহৈগী লাংদা থুববোই
হিংজরগে অবোইবা মীৎকৃপ ওাইদুনা
পাউদম্লগে নুংশিবা হায়বসি থম্মোযনি।

কাংওবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা

# নুংশি কিশি কিদ্রিঙৈ

নুংশি কিশি কিদ্রিঙৈ
লংঙ্গা লংজিন তৎশ্রবদি
নুংশি মৈচাক খাঙহৌনি
নমীৎ য়ামগনু লমহেনবা।

থম্মোয়নুংগী ৱাহৈ মান্দবা
তৌশিন্নবা মানবা নতৌদা
তায়োন্নগদ্রা পাখৎলি নীংজবা
অমুক্তদি হায়য়ু নঙবু চান্নবা।

কপহনবদি হৈরগা থম্মোয়বু
নোকহনবদি করিগী ঙমদবনো
অসুম্বা নুংশি কাইহৌগদবা ওইবদি
করিগী নুংশি ঈহৌহল্লিবা।

কাংঙবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা

# পলেমগীদি ইচা নুংশিবীও

পলেমগীদি ইচা নুংশিবীও
নঙনা শবেপ ফাবকপা ঙাইবনি
তাযোন্নবে নীংজবা পূন্নমক
অশিবগী খয়াৎনুংদা ম্লাইথুংখবে।

নতূং ইনসি ইনঙমদা
কাউথোক্লকসি হায়বসু ঙমদবে
লাযনা মাঙইদা সনা মতূম
উদববা নতাবোই কয়াগী তেংথা।

হল্লক্লবোইদবা মফমদুদা চৎলববা
অদুক থুনা হনগদবা ওইবদি
কবিগী লাক্লম্লিবনো ইমাদা
নীংশিংবতনা লাইমল ওইহৌবে।

কাংঙবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা

# শীঙ্গুরিবা পিরাংসে অরোইবনি

শীঙ্গুবিবা পিবাংসে অবোইবনি
চাক্লিবা মৈচাকসে ইদোমতনি
কায়ববা থম্মোয়সে লোৎশিল্লগে
নঙগী থোঙজিন্দা লেপ্লবোই।

নুংশিকবগী তল্লুবনি খুদোলসে
নীংজকবা পম্বুংদি তায়োন্নবে
লৌনম লাংবু থাকপিদুনা
পুক্সিবু ফাজিনবিবে মফম খঙদনা।

কবেম্নবনা লাঙ্গোই চল্লবে
শীংনবনা চেকপল খাখবে
হিংলিবা মপোকসে কনাগীনো
হিংবদো ইকায়ববা মপোকসিদা।

কাংঙবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা

# নুংশিগী থোঙজিন্দা লেপ্পুবা

নুংশিগী থোঙজিন্দা লেপ্পুবা
কায়না মৈশা লাংলেদো
নীংঙমদা চৈনানা ৱাইথুংলবা
থম্মোয়সে ইহাঙ-হাঙহৌবে।

কিশিগী লংলা তংথ্রবদা
তানিংদ্রে নুংশি মপাউ
হিংনবগী ৱাহম্থোক মাঙখ্রবদা
ৱাজসনু ইদোম তবক।

পুন্সিসে নাথৈবগে নঙোন্দগী
শীংনবনা মাঙদা থংলবে
নুংশিবগীদমক অঙাওবা অমগুম
লেঞ্জবগে মতম চুপ্লদা।

কাংঙবম ওকেন্দ্রো নিংথৌজা

# ঐগী থম্মোয়দা

ঐগী থম্মোয়দা
লৈশাং তম্লকপী নঙবু
লৈরাং ও' নুংশিবী
নঙদি ঐগী থরায়নি।

ঐগী নুংশি লৈকোলদা
লৈরাং লৈশাং তম্নগা
থম্মোয়নুংদা লৈকা ফন্না
কয়াদা ফজববা
কয়াদা নীংথিববা।

ওইজগে লৈবাং নঙবু
মপোক মপোক খুদিং
লৈশাং তম্বিয়ু মালেমসিনা লৈবিঔ
কেনখিনু লৈবাং নঙবু
ঐগী নুংশি লৈকোলদগী।

বঘু লৈশাংথেম

# শক্তি ঈশৈ কয়া নুংশিবী

শক্তি ঈশৈ কয়া নুংশিবী
ইবদুনা ঈশৈ ময়েক কয়া
ঐগী পূক্লিংগী চেনা খূদিং
ঈংলবা থাজগী মেঙল মঙালদা।

নুংশি ফৈদোম খূদিং
থাদুনা লৈপাল কয়া
ঙাইহবি লৈশাং তম্লকপা
লৈখোঙ শঙবা ঐগী লৈকোলসি।

তাখিদ্রবসু নুংশি ঈশৈসে
ঐগী অন্নাবা থম্মোয় মৈচাক্কী
অমুক্তদি য়েংলম্মু তকবা মীৎন্নানা
তাবিবা মমিদু কায়না মায়থোঙদা।

বঘু লৈশাংথেম

# ঐগী নুংশি পিগী নোংহৌদি

ঐগী নুংশি পিগী নোংহৌদি
অতিয়ানা কপখি মকুমথা নৎত্রবসু
কায়থবক্লবা পুন্সিগী ৱাবী মবক্তা
কেনখ্রবা উনাগী তেংথা ঈশৈলক্তা।

ওইববে শক্তমসিনা ঐগী যেন্নীংথা
চাইথোবকপা শন্নাংসিনা মাযথোঙদা শান্নবি
ঙসি ঐগী নুংশি খোঙচৎসিদা
পাইবিঙে নোংলৈসিদা মচুগী কুবাকশিংনা।

অৱাবা লৈচিল ঐগী অতিয়াগী
তাবক্লে নোং ওইনা ঙসিদি
চাকখৎলক্লিবা মৈবীসি মৃৎখিগদ্রা
ঐগী মীৎকি পিগী নোংলিকসিনা।

বঘু লৈশাংথেম

# ঐগী খুঙ্গংসি নুংশিজৈ য়াম্না

ঐগী খুঙ্গংসি নুংশিজৈ য়াম্না
মাগী য়াখল খওলমদে অদুগুঙে
হৌজিক্তি চেন-চোংদুনা শান্নবে
মাগী ঈশৈগী শৈহেক্তো উচেকশিংগা।

পাৎপান্দা পাইবি উবোক শঙ্গু-শঙ্গু
ঐগী অতিয়াদনা লৈচিল মপৈ মপৈ
নুমিদাংৱাইগী মালংনা ইপোমগা শান্নবি
ঐনা খোংলি নুংশি তৌদ্রি।

খুঞা নূপীশিং শাবী কনাবু ঙাইবিবা
মালংবগী শহুমদা শন্নাং ঈথক হৌনা
চিংখৎলক্লিবা মেবা থাউমৈগী মৈঙালদা
খূলং ঈশৈ শক্তুনা ঙসিসু।

বঘু লৈশাংথেম

# ঙসিসু লৈরি অয়েকপা শক্তম

ঙসিসু লৈবি অযেকপা শক্তম
ঐগী থম্মোয় লাইয়ুমসিদা
য়েক্লিবা লাই নুংশি শক্তমসি
খঙলমদবা য়াই ফোঙদোক্তবা নুংশিবনা।

নুংশিবী নঙবু য়েকপা হৌবকখি
ইহান হানবা নঙগী মায়থোঙ
চীনবাল মযাদা নমশিন্দুনা শমব্রুদু
নঙগী মোমোন নোকপা মাযথোঙদা।

ঐনা যেক্লিবা নুংশি শক্তমসি
কযাদা ফজখ্রবা থাজ মাযথোঙনো
লৈচিল মবক্তা কেকু লোৎলি
ঐগী নুংশি অতিযাদা ঙসিসু।

বঘু লৈশাংথেম

## কয়া কুইনা ঙাইখিনি

কয়া কুইনা ঙাইখিনি
ঐনা নঙবু অসুম্না
ঙাইবা চোকথববা হকচাংসে
ঙাইহল্লনু কৈদৌবগে।

অৱাবা কয়াসু খাঙলক্লে
নুংঙাইবা কয়াসু হৌখবে
নঙতবু ঙাইবি ঙসিসু
নঙনা হায়বা ইন্দুনা।

মতম কয়া হৌখবে
নঙবু ঙাইনা ঙাইনা
লেপ্পা লৈতনা ঙসিসু
ঙাইখিনি অদুমক নঙতবু।

তি সি থিঙ্গোম্বা

# নোংমদি শোয়দনা চৎলনি ঐ

নোংমদি শোয়দনা চৎলনি ঐ
থব্রায়গা হকচাংগা খাইনবা মীৎকুপ্তা
ঐগীনি হায়বা কবিসু পুদনা
ইদোমতমক কনাসু লোয়নদা।

চাউববা যূমসে থাদোক্লুনা
মক্বপ-মপাং নুংশিবা পূম্নমক
থাদোক্লনি অবোইবা মীৎকুপ্তা
ঐগীনি হায়বা কবিসু পুদনা।

খাম্বা যাববোই কনামতনা
অবোইবা খোঙচৎ মতম্লি ঐগী
মল্লবা হকচাংসে থাদোক্লুনা
তিনত্রনি শোযদনা মফমদুদা।

তি সি থিঙ্গোম্বা

# চৎলো চৎলো পায়রো খূৎসে

চৎলো চৎলো পায়বো খূৎসে
নওনা পামজবা মফমদুদা
নওগী ব্রাহৎগী পাউখুম কযাদু
পীবগে ঙসিদি অখাকপা লৈতনা।

অয়েৎপা লৈত্রবা মফমদুদা
হৎলো ব্রাহৎ পীবগে পাউখুম
নওগী নীংজবা থুংনবা
অপাম্বা নওগী মহৈ য়ান্নবা।

মতম কুইনা খৌবাংনা ঙাইজবকপা
তল্লগে ঙসিদি নওগী নফমদা
ঐগীনি হাযবা অবোনবা থল্লবোই
ওইবসনু মসিনা পম্বুং নওগী।

তি সি থিঙ্গোম্বা

# তৃমহল্লোনে ঐবু মীৎকৃপমতা ওইরসু

তৃমহল্লোনে ঐবু মীৎকৃপমতা ওইবসু
পোথাজগে ঙসিদি কবিমতা খন্দনা
ইচীক হুনবা অহিংগী থাবল ফব্বা মতমসে
য়েংহল্লনু অমুক নীংশিংহল্লনু মাবু।

অহিংনা চীক্ল-চীক্লগা হেনগৎলকই নুংশিবা
থাবল মঙাল অসিদা নীংশিংলকই মাতবু
হৌখ্রবা মতমগী হৌখ্রবা ৱাবী
কাউহল্লোনে পূন্নমক নীংশিংবা থোক্তনা।

কবিবু কান্ননি নীংশিংলগা মাবু
ৱাবগা ঐনা পেনসনু মাদি
মীনুংশি খঙদা থম্মোয পান্দা মীশক্লি
কনা খঙদা ইথন্তা খাঙজখ্রগে মৈচাকসে।

তি সি থিঙ্গোম্বা

# তপথখোনে পূক্লিং খম্নুখোনে নঙবু

তপথখোনে পূক্লিং খম্নুখোনে নঙবু
ফিংগৎখিনু কৈদৌগে শাউগৎখিনু নঙবু
নঙনা খোযবাঙলগা হাযফম খঙদে ঈশাসে
কবিনি খনখিনি মীনা কবিনি হায়ননি ঐবু।

ৱাখল ইনোৎ হাপ্তুনা থম্মোয ইবাঙ হৌহনবা
অৱা-মৈশা লাংহনবা কনাগুম্বনা খঙপ্রগা
থম্মোয খুদুম চন্দবী পূক্লিং ৱাবকপা ঙম্মদবী
ৱাখল থেনবিনি খনখিনি লমহেনবিনি হাযখিনি।

খম্নুহৌদবা মীৎকৃপ্তা কবি ওইনি খঙববা
অঙাওবিনি হাযখিনি ইকাযখঙদবিনি নীংখিনি
তাইওন্নবা ওইদুনা অৱা-মৈশা লাংগনি।

তি সি থিঙ্গোম্বা

# থাবল ফরবা অহিং মানা

থাবল ফববা অহিং মানা
তপ্না তপ্না চৎস্রে পম্বুং অমগীদমক
কখোক্লবা তনিক তনিকপা মঙালদা
পিবাংদি শীম্বুবি কাযনখ্রবা কনানা।

ঐদি হিংখি ঐ ওইনা
নহাক যাওদনা ইথম্ভগী পুন্সিদা
ফাওবি থম্মোয়দদি কাযনা মৈশা
নীনিগী থাজগুম নঙনা চৎখিবদা
হাঙহৌবি মেনশিনবা ঙমদনা থম্মোযদা।

ঙাইজবি নাকেম্থা মাতবু
অনৌবা যেন্নীংথা অমগী
পুন্সি তোর্বান্দা ফন্নি
নীংবা কাযবা ঈশৈ শক্তুনা।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# তাইবংগী কৃম্মে য়াওহনবিরিবা

তাইবংগী কৃম্মে যাওহনবিবিবা
মীমান্নবা ঙম্নবা শেন্নবিরিবা
ঊনশা কুক শুংলবী ইমা
নচা ঐখোয চাউবক্কে ঙসিদি
ঙমহনবিবো খোন্নাং লমল শিংবা।

লাযববগী পোৎলূম্না নম্থবদা
নমদা ফজবা ফিবু থোংখিদ্রবী
নচাশিংগী চাকখাউ থন্নবা হোৎনবদা
অহিং মীৎশেন খাঙলিবী
অব্রাবতনা নশকক ওইখিবী
পুন্সি মতোন লোম্না হিংলোনে ইমা।

মীনোক মৈশাবু থৌনা ফনা খাঙলিবী
নোংজু নুংশাবু তুজুংদনা লেপ্লিবী
হবাওবগী মীনোক নোকচবা ফংদ্রবী
কবিনা শিংগনি ইমা নঙগী লমল।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# অকাউ পৱৈ চনখিনুকো

অকাউ পৱৈ চনখিনুকো
নুংশি শক্তম লোৎখিনুকো
চান্নবী নঙ লম্লানখিনুকো
ইদোম তবক হন্দোকপিনুকো
মীনোক চাউবা তাইবংসিদা।

থম্মোয থম্মোয খূৎশিন্নসি
ৱাখল ৱাখল পীনবসি
হিংহল্লু ঐবু নঙগীদমক
শাংলবা পুন্সি খোঙচত্তা
লাপ্পবা কাযনবা তাইবংসিদা।

থামম্বা অহিংসিনা নঙোন্দা
থানিলগী মঙালসিনা ঐবু
কঙাওনবা ৱাবীগুম চনৈনদুনা
থৱানমিচাক মশীং থিহনবিবনু
অঙাওবনা থল্লবা তাইবংসিদা।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# শীঙ্থবনু য়াদ্রবা কায়নবগী পিরাং

শীঙ্থবনু য়াদ্রবা কায়নবগী পিবাং
নুংশিববু মমল হেন্না ৱাংহল্লিবা
কাউবো যাদ্রবা লমহেল্লবা থম্মোয
খল্লুবদা ৱাজৈ পূক্লিংসে নঙগীদমক।

কপ্পবা শাদুনা অহিং কয়া কপচখি
মীবাইবে খন্দুনা ওইজবা থিবা নচত্তা
মঙলম্বা মঙলান্না লৈচিল ওনথ্রবদা
কল্লবা থম্মোযনা থোংখি লৈনাগুম।

শমজিন্নবা যাববোই অমংবা নোং
মাঙ-তুং খঙদনা নুংশিবা থিবা নচত্তা
পুক্নিংগী শূক্লবা উমংদা শান্নরুবা
ওইহৌবে ইবাল-ওইহৌবে ইবাল ঐতগী।

ঃকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# মোমোন নোক্লা লোয়নখি

মোমোন নোক্লা লোয়নখি
নুংশিনবিঙৈ মতমদুদা
মৈচাক খাঙনা কপ্লি
কায়নববা মতমসিদা
হৌনশা কৌববা মসিবু নুংশিবগী।

চাক্তানিংবা মফমদা পাইননবা
থাদোক্লবনি ননীং তম্না
মৈশা লাংলুবনু ঐগীদমক
চূমথাঙগা অমংবা নোংগা খাইনববনি।

উপালসি উবীগী যেৎফম্নি
যেৎচখি মতম খবদি
পেন্নদবা পূম্বা কাউনবসি
অনৌবা পুন্সিগী লম্বীদা
থিনবসি নঙগী ঐগী যাইফনবা।

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম

# তিন্নিংলিব্রা নঙবু ঐগী শাগৈলক্তা

তিন্নিংলিব্রা নঙবু ঐগী শাগৈলক্তো
শাৎনিংলিব্রা ঐগী থম্মোয় লৈকোলদা
খোঞ্জেল থোক্লা নঙনা কপ্লিবা
অপঙবা থম্মোযসে পঙথহনববা।

থম্মোয শেংবী ওইবম্লবা নঙনা
খোঙফম হোংদনা লেপ্লম্লবা ঙসি
নমীৎ তাঙলে নখূৎ শম্না
নখোঙ তেক্লে চৈসু শুনা
পুবমগনি ঐগী পুন্সিগী লম্বীদা।

শাশিন্নবা পিবাং নাথৈবিবা নবালদো
খঙলিবনি ঐসু উবিবনি লোইনা
নঙগী হাক্তক্কী ৱাখিবা কযাদো
কৃপথ্রসনু অকাউবা লৈবোল মানা
কাযদনবা নঙগী নীংজবদো।

সালাম শঙ্গোম শুমফম

# য়ূরে খঙলবা তিংখংথক্তা

য়ুবে খঙলবা তিংখংথক্তা
নেৎলুবি ঐনা কযাবক হন্না
চৈনাতবু খাঙবদা পঙশিল্লবা থম্মোয
নুংশি মশক খঙলুবগী চৈবাক্লি।

থম্মোয পান্দেসু খঙলুদে ঐদি
নুংশিববু লৌনম্বীনি খঞ্জকদে নোংমতা
শূপ্নতগী নুংশিজবা থম্মোযসিবু
মশেন-মবাংনা উহনখিবনি নঙনা।

শাউগেসু ঙমদে মীবাইগেসু খল্লুদে
থম্মোযগী নক্লবা মঙ্গপ্লোই ওইবনা
লোত্তুনা থমজখি নবালদো ফোঙদোক্তা
পুন্সি চূপ্পা কাযনখিনি খনবদা।

সালাম শঙ্গোম শুমফম

# চীংলোন কয়ানা খনখিবনা

চীংলোন কযানা খনখিবনা
ঐনা কৌবা তাদবে
যেংনিংদুনতা লৈবা নুংশি শক্তম
উজবা ফংদবে ইমীৎসিনা।

গুলাবকুম ফজবী নঙগী মায়থোঙ
লোক্লুংগী লাইজগুম তকবী থম্মোয
কাউঙমদে ঐনা মীৎকৃপ অমতসু
উনবা ফংদ্রসু নঙ-ঐ।

অহিং নুংথিল নঙবু নীংশিংবনা
ওইবে ঐগী পুক্সি শিঙ্খা
কবম লেল্লি নহাক্তি
তান্না খুঙ্গংগী লমদমদুদা।

সালাম শঙ্গোম শুমফম

# ব্রাহংতা ঙায়রবা ঐগী পুন্সিনি

ব্রাহংতা ঙায়ববা ঐগী পুন্সিনি
পিরাংগী মরোল মীনোক্কী পাউখোং
থানিলগী ফজবা থাশিগী অমম্বা
পাং-তুবেল খেন্নবা থল্লিবা।

লৈনম্মা লৈবাংগী মতীকপু ফোঙদোকই
ঈচেলনা ঈপাক তম্নবা হোংনবি
নোঙ্মৈবী চেক্লানা লাইজবু ঙাইবগা
অয়ূক্কী লীক্লাদি কবিগী থক্লমদ্রি।

মৈবানবীনা কবিগী মৈবীদা ঙাওবিবা
তিংখংলক্তা গুলাবনা কনাগী শাংলিবা
শাব' নুংশাদা লৈপাক্লেনা শাংলগা
শিঙ্গাবৈনা কবিগী লীক্লাদা কেল্লিবা।

সালাম শঙ্গোম শুমফম

# পিরাংনা লীরি থম্মোয়দা

পিবাংনা লীবি থম্মোয়দা
খোঙচৎ কায়ববা পুন্সিগী ৱাবী
তন্দনগী মঙালদা মায়কৈ লেপ্লুবা
লম্মুক্রবেদো পিবাংলক্তা।

লাঞ্জদবা থম্মোয়বু মীবাইবিদুনা
নাথৈদুনা চৎখবে মহাক্তি
ওইজবতা থিবা থম্মোয়দুনা
খঙহনবিবে ঐবু কায়নবা কবিনো।

য়েন্নীংথা কযা কযা লাক্লবসু
হুল্লবোই য়েন্নীং থম্মোয়দা
নুংশিবা চান্মা থেংনবসু
ফংলবোই পুন্সিদা নঙগুম্না নুংশিবা।

সালাম শঙোম শুমফম

# নিংখায়রবা পুন্সিগী তোবর্বানসিদা লেপ্তুনা

নিংখায়ববা পুন্সিগী তোবর্বানসিদা লেপ্তুনা
ঙাইবিবনি অবোইবা মীৎকৃপ্তুনা লাকপদো
লৌনম্বনি তাইবংপান মীনম্বনি লোইনমক।

ঙসিতদা খঙলক্লে অবেম্বনি মপোকসে
পিবাংসিনা ওইহৌবে পুন্সিসিগী খোঙবুবোই
লৈকংলাদা কবিগী থিরুবনো লাইজদো।

কখোকখিবা লোইনমক থৱাযসিদং খাক্লগা
ৱাজখিবা কয়াদো কপ্পনবা ওইবল্লে
খঙবিনবা লৈতবে পিবাংসিগী মবোলসু।

আব কে সনাহনবী চনু

# ঐনদি নঙোন্দা হায়খিদে

ঐনদি নঙোন্দা হাযখিদে
নুংশি হায়নদি অমুক্তা
নঙনসু ঐঙোন্দা হায়বক্তে
নুংশি হায়নসু নোংমতা
লকা নুংসিদা ফাওবিবা
নুংশি ইহুলদি থিংঙমদে।

নঙতবু উনবা হোৎনকই
নপাউতা তানবা লাক্লকই
চেঙলৌদো উবগা পোখাজৈ
নপাউতা তাবগা লৈতাজৈ
কবি মওংনো মসিবো
ইতোমতা ইকাযবা ফাওবক্লে।

কনানো অমগা চৎখিবা
কনানো অমগা লৈহৌবা
উকুবা মীৎকৃপ্তো কযাম ব্রায
খাঙঙমদে খোযবাঙই খোযশাউই
খম্নলবা হৈবক্লে পূক্লিংদা
অঙকপা মযাইনি নুংশিবা।

আব কে সনাহনবী চনু

# ঐদি খঙই নঙগী মীৎয়েংদুদা

ঐদি খঙই নঙগী মীৎয়েংদুদা
থম্মোয় রাবোল অমা য়াঙবি হায়বা
নঙদি খঙদে ঐনা রাবিবসে
কবিবুনো রানা ঙাইবিবসে।

শাখি রাবী কয়া ইবানিতা
লেনখি মীৎকূপ কয়া মীৎচাননা
হায়নিংবদি লোৎখি লকানুংদা
থম্মোযনদি কযাম রাজখিবা।

নুংশিববু অসুম মীনমদুনা
কযাম কুইনা মৈচাক খাঙখিগনি
থম্মোয নিংঙাই থেম্বা ঙল্লক্তবে
নুংশি চাংজৌ পাবে লকানুংদি।

আব কে সনাহনবী চনু

# চীংজুম লাইজগুম তকবী

চীংজুম লাইজগুম তকবী
ইচম চমজবা নতৌদা
ইঙাও ঙাওজবী নওংদা
ঐসু অঙাওবা ওইকবে
সিমুক পেঞ্জবা লৈতবে।

ঙাওদৱঙাওবদি ঙাওবনি
পূমঙাও-ঙাওবনি নঙোন্দা
মপোক সিমতা নত্তেনে
মপোক তবেৎমক ঙাওবনি
নঙনা থৱাযনি ঐগীদি।

মীনোক মীচৈসু লাকসনু
কল্লক মীৎযেংসু যামসনু
মালেম পূম্বনা থিংলসু
ঐদি নঙোন্দা ঙাওবনি
থৱায থাবসু থাবনি।

আব কে সনাহনবী চনু

# য়েন্নীং থাদা য়েন্নীং চোংলক্কুবা

য়েন্নীং থাদা য়েন্নীং চোংলক্কুবা
লাইওইববা পামেল উপাল মাদি
ঙাইবি মদোম অবোইবগী মীৎকুপ
হৌগ্র পুক্সি নীংশিং নুংহিক্লনা।

মশাইগোন্দা কায়দোংলম্বা চেক্লা
মতম্বাক্তা নাউকোনখিবা থরায
তুংওইনবে মাবু মীবাইবিবে
মালংবসু খোঙদোই হুল্লক্তবে।

কাউথ্রমাল্লে অদুঙৈগী রাবী
অবোইবগী অহৌবদো লোইনা
কনা লৈত্রবগুম পিদোন্নবি
হৌনশাবা সিবু তাইবংপানগী।

আব কে সনাহনবী চনু

# মথোং কারক্লিবী ঐগী পুন্সিসিনা

মথোং কাবক্লিবী ঐগী পুন্সিসিনা
নঙতবু উজবগা, য়েংজবগা
নঙতগী বাখলতা খঞ্জবগা
পেঞ্জবিবা, নুংঙাইজবিবা, নঙতগা লোয়নিনংলিবা
ওইবে ঐসে নঙোন্দা ঙাওববী
য়েংবিবন্মু নুংশিনা অমুক্তং ঐবু।

কুমগী নোংজু লাক্লে, চুথবক্লে
হৈপাল লৈপাল পুম্বসু মালহৌনবক্লে
থম্মোয় ঐগীসু মালহৌনবক্লে
লাক্লোনে নঙবু ইনাকসিদা
লেপ্লবো ঐগী মীৎমাঙসিদা।

অতিয়াদা পাইবিবা মপাঙ কায়নব চেক্লাসে
ওইজনিংদে ঐদি
ফৈবাথক্তা তোংলিবা পোম্বী চেক্লাসি ওইজনিংই
মখোযগুম নুংশিনা চিল্লোক্লনিংই ঐসু
শাথপ তোয়না পাইনিংই নতুং ইন্না
হিংনিংই পুন্সিসে নঙগী নকম থূপ্লা।

লেনিন খুমনচা

# কয়াদা লায়না খল্লিবা নঙনা নুংশিববু

কয়াদা লায়না খল্লিবা নঙনা নুংশিববু
কবিগী ফোঙলকখি ইফমদা
নুংশি হায়বা ব্রাহৈ।

চীনবালনা থম্মোযগী মবী
কবিগী লাপথোক্লহল্লি ইফমদা
মসিগী তোংজবনা কবি
মীনম্বগী ফজবা হাযবদুবা।

লৈচিলগী শক্লোন ওইবল্লে
নঙগী নুংশি ব্রাহৈশিং
মঙলা তাইবংলা খঙখিদা
ঐতগী ইবাল ওইহৌবে।

*লেনিন খুমনচা*

# নুংঙাইর মঙলান অমদা

নুংঙাইব মঙলান অমদা
তাউদুনা লৈবি নঙগী পুন্সি
লেপ্তুবা মতমগী খোঙচৎনদি
চিংশিনবিবি ঐগী পুন্সি
মঙলৈবাক্তা অসুম-অসুম।

ফোঙঙমদ্রা নুংশিবনা ঙসিদি
ঐগী হকচাং পূম্বা চাকথেক্লে
মৈবীনা কাথেক্লসু পুন্সিসে
ফোঙলবোই চন্নবোইদবা নুংশিবসে।

ঐগী ফোঙঙমদবা নুংশিবা
নোংমা শোযদনা খঙলক্কনি
মীৎকৃপ্পুদা মীৎলুদৈ পিবাং
অদুবু মদুই কান্নবদি লৈববোই।

লেনিন খুমনচা

# ৱাশক অমগা লোয়নননা

ৱাশক অমগা লোয়নননা
হিংলিবা ঐগী পুন্সি
ৱাশকসিমৈ কখোকখ্রা পুন্সিনি
কল্লক্তে পুন্সিগী অনৌবা ইতিহাস।

চেম্থুবিবা তুবেলগী ঈচেল
ঈচেলসিনা চেন্দুনা পুবি
ৱাশক কযাগী ৱাবী
খঙদে, মখোয় পম্লুং ফংখিবা ঙাক্লা।

নুমিৎনা চীংযা পাংলক্লবদা
শন্দোবক্লনি অমম্বা মালেমদা
অমম্বগী পল্লোম্নুংদা মালেম
ৱাশকসিগী পল্লোম্নুংদনা ঐ।

লেনিন খুমনচা

# মথোঙ হূক্রা ঐগী ইতৌদা

মথোঙ হূক্রা ঐগী ইতৌদা
য়েক্লবগুম উববসু ঐবু
য়েক্লবা ওইনা উঙমদে
নঙতবু উবিবা ইমীৎসিনদি।

চূমথাঙদা ওইনজকবা থম্মোয
নোংথাঙদা চাকচকবা পুন্সি
মূৎখিবা তাবনি মীৎকূপ ’মদা
কবি তৌকবা ঙমগনি ঐনা।

চৎথ্রবসু নঙনা নঙগীদমক
নঙগী ৱাখলদা হিংলকখিবা ঐদি
ইদোম ফল্লি ঈচেল কংলা তোর্ব্বানসিদা
ঙাইবি পুন্সিগী অবোইবা মতম।

লেনিন খুমনচা

## ইচীক হুল্লকপা অথেঙবা অহিংসিদা

ইচীক হুল্লকপা অথেঙবা অহিংসিদা
ঐগী থম্মোয় ঈচেল নাইবক্তে
পিবাংনা চোৎলবা মায়থোঙসে ঙসিদি
কাযনবগী তোর্ব্বানসিদা শক্তুমদুতবু উবি।

নীংশিংলকপা খূদিং মৈচাক হাপ্লক্তে
নাথৈখ্রবা মীৎযেংদুগী থম্মোয়গী মবোলনা
ওৎপিবে হঞ্জিন-হঞ্জিন কযাবক
নুংশি হাযজিল্লম্বা লৌনম্বা ৱাহৈশিংনা।

ঐগী খোঙথাংসু লোইবক্তে মীৎকূপসে
ইবা লেপ্লগে নঙগী ঐগী ৱাবীসু
খাঙবদা ৱাববা চৈনাসি পুদুনা
পোত্থাখ্রগে মঙফমগী অঙ্গংবা লৈবোল্লুংসিদা।

যুম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী

# থম্মোয়দা ফাওরিবা চৈনাসিমগী

থম্মোয়দা ফাওবিবা চৈনাসিমগী
ইচীলসিনা অমুক হায়ববোই
লৌনন্নম্বা খোঙচৎসিগী মকমদা
পুন্সিসিনা উফুল্লক্তা তাহৌবসু।

শীঙ্গুবক্লিবা মীৎলুগী পিবাংসে
য়াইফ-থৌনিগী নোংহৌনি
যেন্নীংথাগী অঙনবা অয়ূকসিদা
শৈহৌসিনা পোলোই ওইবন্নে।

নঙগী থম্মোয লকানুংদা
নুংশিবগী মফম'মা লৈবমদবনা
থাজবগী লংলানা পুনশিল্লুববী
থম্মোয শেংলুবী ঐতগী ইবালনি।

যূম্নাম চনু রাংলেনথোইবী

# ৱাকচীংগী উলেন মরক্তা

ৱাকচীংগী উলেন মবক্তা
পোমশাংনখিবী লৈবাং কুমতোইলৈনা
ফাইবেনগী নোংলৈ নুংশিংলকসিদা
য়েন্নীংথাগী মপাউ পুবক্লি।

ইনখংলকপগী ঈথক্তা কাবকখিবা
থম্মোয়গী অকনবা শহুমসিনা
লৈতাহন্দবে কালেনগী নুংশাবকসিদা
নুংশিবা নওতগী ৱাখলদা।

কাযনবগী অৱাবা নোংজুদি
ওইহল্লোইসি ইপাম্বাগী ঈচেল্লকসিদা
শংবান্নববা লৈকোলগী লৈবাংসে
নও-ঐগী পম্বুংগী খুদম্নি।

যূম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী

# কায়নবগী কল্লবা নোংলৈরক্তা

কায়নবগী কল্লবা নোংলৈবক্তা
অশিৎ-অৱাঙ্খানা হুমদোকখ্রে
লৈচিল ওইনা পাইবকপা নুংশিবা
থম্মোযদা মশীং খঙদ্র শোকফম থল্লল্লগা।

তোর্ব্বান ৱাংম-ৱাংমগী হিদেনসিদা
চৎনবীগী ঈবৈনা পৃখ্রবা থম্মোয়দা
নোংথাঙগী পৌবোন নমখায়দুনা লাক্লবদি
চৈনা খাঙলিবা নোংজাবীবু উবকখিগনি।

যেন্নীংথাগী অযৃক্তা নুংশিবগী ঈথক্লা
পুন্সিবু লৈতাহনখিদবে শুমহৎলবা শৈবোলদো
নোংজু অহিংসিগী পিবাংগী মকপ্পি
খেন্নবগী শম্বল খাবম্বনা ইবানিগী মবক্তা।

যুম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী

# লম্বীগী চিদাইসিদা ঐবু নাথৈরম্লগা

*লম্বীগী চিদাইসিদা ঐবু নাথৈবম্লগা*
লম্লানবা কনাগা মোমোন নোক্তুনা
নুংশিববু লৌনম্লম্লগা থাজবনা মাযথিববা
পুক্সিসিবু হিংলুবগী কান্নবা লৈবিববা।

শাগৎচকুবা ৱাখলগী মযোলসু তেকখ্রে
নুংশিবগী খোঙচৎসু লেপখ্রে মীৎকূপসিদা
অনৌবা যেন্নীংসু চোংলকখিদবা নাকেন্থাসিদা
মীৎলু পিবাংসু লোইনাইদবে নোংজুলকসিদা।

মংফমগী নাউশুম ফম্বাক্তা যাতাখ্রগে
অযেৎপা পীববোই নহাক্কী যাইফবদা
থম্মোয পীকুবসিনা লঙজবা ওইজবগে
হকচাং পোলাংসিসু থম্লিংদবে তাইবংসিদা।

যুম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী

# নুংশিদুনসু থম্মোয়না নঙবু

নুংশিদুনসু থম্মোয়না নঙবু
পামজদুনসু চেঙলৌদো
ফোঙদোকপদি ঙমখিদে
ইকাযথিবা মতৌনা
লোল থোক্তবা ওইহৌবে।

খল্লমগনি ঐবু
নুংশি খঙদবনি
থম্মোয় পান্দবনি,
লম্মুক্লবি ঙসিসু
ৱাখলগী ঈবৈদা
ৱাহং কযানি হংলিবা ইথন্তা।

নীংশিংবা থোক্লনা কাউখ্রসনু
মতম অমগী ৱাবীসে,
কনাদসু লীকৃগনু
পাউথোকপিনি নঙবু
অচুম্বদি খঙদনা।

আই সি অসেম

# থম্মোয় পোন্দা য়োক্লিবী

থম্মোয় পোন্দা য়োক্লিবী
পূক্লিং লৈকোলগী শীঙেল
লৈশাং তন্না পান্নববা
পামেল ফৈবাদা য়েৎতুনা।

হৈবাংগুম হৈমুন ফা
লৈবাংগুম লৈকা ফন্না
নুংশি ঈথক হৌবকপবা
হৈনম লৈনম মালংবনা যেল্লকপদি।

খম্বল চাউই খনগনু
নুংশি লৈকোল শঙবনি
পামজদে কায়নবসু
থম্মোয লাইমন ওইহৌনি।

আই সি অসেম

# চাংদম্লিংঙাই লৈতনা নুংশিখি

চাংদম্লিংঙাই লৈতনা নুংশিখি
ঈশৈ কয়াসু শকমিন্নখি নুংশিনা
থম্মোয়না থম্মোয়দা
অমুক শাউনা অমুক থেম্নদুনা
অহিং কযা হৌখি নুংথিল কযা হৌখি।

নুংশি মচু হোংলকপা
ঐতনা ব্রাজবনি মহাক্কিদি অপেনবনি
থাদোক্লবনি ঙসিদি
থম্মোয় পোন্দগী
ননীং তমখ্রো।

ব্রাহৈ অমতসু হাযবন্ননু
হাযববোই ঐসু নফমদা
চন্নফম লৈত্রবা মপোক্লি
ননীং থুংহনবা ঙমখিদে।

আই সি অসেম

# ঐগী ৱাহৈ অমদা নোকচরম্বী

ঐগী ৱাহৈ অমদা নোকচবম্বী
ঙসিদি কপ্লববা ঐগী ৱাহৈদা
কবি ৱাবু লৈবনো
ষঙহল্লুনে অমুক্তা ঐঙোন্দা।

লৌনম্বা ৱাহৈনা থেমখিদে
চীবোল ৱাহৈসু হাযখিদে
পৃক্লিংগী অশেংবা য়াৱানি
মৈতাম্না ৱাখৈবফাও নঙোন্দদি
মীনম্বা ৱাহৈ হাযববোই।

মতমগী খোঙচৎতি লেপ্তবি
পৃক্লিং ৱাখলসু অমতনি
মাঙলবোই কৈদৌনুংদা
অশেংবা নুংশিবনি
কুইব-কুইবগা।

আই সি অসেম

## ইকায় ইকায়না নোঙ্গরিবৈ

ইকায় ইকায়না নোঙ্গরিবৈ
মণ্ডাও থীবা ফাইবেন থাগী
লমহেনবা মালংবনা
নুজাগী শম্লাং হাইদোক্লি
নুংশিবা মাগী মমাঙদা ইকায়বিবৈ।

লৈকোল খূদিং চণ্ডদুনা
লৈহি পাম্বা খোইমুনা
লৈকা খূদিং ঙংলিবসে
কবি চীবোল তৌবিবা
কবি পাউখুম থিবিবা।

লৈবাং খোইমুগী মতৌদা
নোংদোল থক্কী থাজসু
ইকায নুংশি যান্নবা
লৈচিল্লক্তা লোৎখ্রে।

আই সি অসেম

# ইন্তাও ঙাওজবী ইপঙ পঙজবী ঐগী পুন্সিনি

ইন্তাও ঙাওজবী ইপঙ পঙজবী ঐগী পুন্সিনি
মালংগী তুংইম্না কোয়চেন চেঙৈ ইবাঙ লাঙজৈ
চল্লবী ঐঙোন্দা কবিগী পীবিবি থাঙওমদা চৈনা
শোল্লবী ঐগী অবাবা উবগা পেল্লববা নঙদি?

খঙ্গবা ঙমদ্রবা মীংকুপ অমদা ঙাঙখিবা ন্নাহৈনা
*লেপ্পা তাববা কায়না তোর্ব্বানগী ন্নাংমা ন্নাংমদা*
*উনবা যাদনা মপোক অসিমগী নঙগা ঐগা*
মসিবু *কবম্বা মখলগী নুংশিবা কৌবগে নঙনা?*

কবিগী থোক্লল্লি নুমিং থা নোংদোল অতিযাদা
কবিগী খাযবমল্লি অহিং নুংথিল অমম অঙান
নুপীজা ওইবী ঐগী ইফমদা লৌশিং তাক্লনবা
কাযনবা থুংনবা তাইবংগী মশিলনি উৎপবা নঙনা?

যাইমা হাওবা

# থম্মোয়গী ব্রাদি দোং দোং হেক্তা হায়যুদনা

থম্মোয়গী ব্রাদি দোং দোং হেক্তা হাযযুদনা
নচীল পান্দববা নঙবু নবোল থোক্তববা নঙবু
পান্নগা পান্নে হায়যুদনা পামদ্রগা হেক্তা তোকউদনা
যানিংলগা ইনাক্তা লাকউনা য়ানিংদ্রগা লাপ্পা চৎখোনা।

তেনব্রাগী ব্রাবীদা চোংঙা অমুবীগী চীবোলদা
লৈবাংগী ফজবা থাদুনা খোইমুগী ব্রাবী লীদুনা
চীংযাগী লৈকোলদা অহিংগী থাবল মঙালদা
নুংশিবা শাগৎপগী মতমদো নত্তেনে হো নত্তেনে।

নূপামচা ওইববদি পাঙদবা তৌগনু ইবুংঙো
নথম্মোযবু শেংলবা নূপাগী থৌনা উৎলুদনা
থম্মোযদা চৈনা খাঙজিন্দুনা নুংশি লাযনা নাহনবদো
পামদে ঐদি পামজদে হো সুকপাম হেক পামজদে।

যাইমা হাওবা

# নীংথিদকো নীংথি ফজৈদা

নীংথিদকো নীংথি ফজৈদা
মায়থোঙ থম্বাল ফজবী
ফজৈদকো ফজৈ নীংথিদা
শকওং শবান নীংথিবী।

হেল্লোয় শক্তম ঙমজবী
নাইতোম ঙানবী শকহেনবী
নঙবু থেংনবা মীৎকূপসে
মঙলান ওইবে ঐহাক্তি।

ঐগী থম্মোয়না পামজবা
ঐগী পূক্লিংনা নীংজবা
মঙলান তাবদি য়াবোইকো
পম্লুংদি তাইবংদা ওইহনসিকো।

য়াইমা হাওবা

# লেপ্লখিবা মতম হেল্লক্লবদা

লেপ্লখিবা মতম হেল্লক্লবদা
থানখিবা পূংফম শোয়বক্লবদা
লৈতাফম খঙলক্তবে থম্মোয় অসে
মনা পূংলবা উপাল অসিনদি
লক্লদুনা ঐহাকপু নোক্লবক্নে তূমিন তূমিন।

মায়থোঙগা মায়থোঙগা শকচানদুনা
মীৎস্নাগা মীৎস্নাগা মীৎচানদুনা
লেপ্লখিবা মতম্মি হায়নখিবা মফম্মি
ঙসিনা কবিগী ওইহল্লি ঐঙোন্দা
নীংবা কায়বগী পিবাং শীঙ্ফম।

উখিবা শক্তমদুবু শাশিন্নববা
হায়বম্বা ব্রাহৈশিংদো লৌনম্বা ঙাক্তবা
লেপ্লিবা মফমসিবু লম্মাঙনববা
ঙাইখিবা তাববা অনৌবা মীৎকূপ
ব্রাববা থম্মোয়সিবু থেমজিন্নবা।

য়াইমা হাওবা

# লৈশকসু উজদ্রি লৈচুসু খঙজদ্রি

লৈশকসু উজদ্রি লৈচুসু খঙজদ্রি
অঙাওবা মালংনদি পুবক্লে লৈনম
লাঙতক্লবে থম্মোয়সে নঙতবু উনিংবনা
ঙাইঙমদবে য়েংনিংবনা লৈবাং লৈশক।

শাৎননবা পোম্বনি তাইবং লৈকোলদা
শাৎকায়বে হায়বদো তাক্লবে লৈনম্লা
থম্মোয়সে হূখবে নুংশিবা লৈনম্লা
শোযদনা ওইবমনি লৈবাং লৈবেল।

পূংলবা উনাবক্তা কবিগী লোৎলিবা
মন্ত্রীক্লবা  তাইবংদা মমলবু কাহনববা
নীংজবা কনাগী থম্মোয়বু ব্রাহল্লগা
লোন্না য়েংদুনা মোমোনবু নোকপবা।

মাইমা হাওবা

# লোইশ্রবদা ঐগী পুন্সিগী য়েন্নীংথানা

লোইশ্রবদা ঐগী পুন্সিগী য়েন্নীংথানা
কংশিল্লক্লি ঙসিদি থাজবগী লৈবাং
ওনখ্রে মশক মচু মাঙখ্রে লৈনমসু।

ঈখৌ লাংজহৌবতা মঙায়বে য়েংজনিংবগী
উজবা ফংলবোইদৌবা নুংশি চেঙলৌ শক্তস্থু
মীৎকূপ কাংদনা য়েংজনিংবগী ঙাইজখি চোকথবা লৈতনা।

ইদোম লেপচহৌবে ঙসিদি অচীকপদা
লৈবমদ্রে কনাসু ইনাকসিদা ঐগীদমক
নীংঙমদা মৈচাক্কা লোযননা
হংনিংলি ঙসিসু অমুক নৌহৌনা
কবিগীনো ঐনা নঙতবু ঙাইনিংলিবা।

লাইমুজম বামেশচন্দ্র

# নঙগী মীৎলুদগী শীঙ্খিবা পিরাংদুনা

নঙগী মীৎলুদগী শীঙ্খিবা পিবাংদুনা
কবি পাউখোংনো চন্নিংলিবা ঐঙোন্দা
ঙসি নঙগী চৎলমদাই মীৎকৃপসিদা।

পলেম পল্লৌগী য়াথং ইন
পাম্মুবা মকাদা থাইথুংনা
হবাও মথোই কাদুনা
নুংঙাই য়াইফবতা ওইবিয়ু।

নঙগী পুন্সিনা য়াইফবতা ওইবগা
ঐগীসু নুংঙাইবা ওইজবগে
থেমজিঞ্জবগে থম্মোযসি লাইবক্কীনি খন্দুনা।

লাইমুজম রামেশচন্দ্র

# অৱাংবা পামেলথক্তা লৈশাং তম্লিবী

অৱাংবা পামেলথক্তা লৈশাং তম্লিবী লৈরাংনি নঙদি
থীকনেম্বা ঐগী ইখূৎনা লাম্বা ফংঙমদ্রবা
ঐগী লমহেল্লবা থম্মোয়সিনদি
ঙমজদে নঙোন্দগী লাপথোকচবা।

মীৎচানবা ঙমদ্রবা ঐগী মীৎযেংসিনদি
লীখিবনি ঐগী থম্মোযগী ৱাবী
লোন্না শীম্থবিবা ঐগী পিবাংসিদা
যাওবিবনি ঐগী ফোঙঙমদ্রবা নুংশিবা।

ঐগী নুংশি মৈচাকসি নঙনা খঙবিবকপা মীৎকৃপ্তু
ঙাইবি ঙসিসু পোখ্রাফম খঙদনা
নুংঙাইববা মঙলান অমগী মকমদা।

লাইমূজম বামেশচন্দ্র

# থেংনগনি থাজদা থেংনখি নঙবু

থেংনগনি থাজদা থেংনখি নঙবু
উনগনি খঙদা উনখি ঐগা
মন্নবা পুন্সি খোঙচৎসিদা।

লাইজ ঈপাকথক্কী কোঙ্গোলগুম
তাকখি ঐগী পুন্সিদগী
অমংবা নোংগী নোংথাঙগুম
মাঙখি ঐগী মীৎয়েংদগী।

শান্নবি ঐ ঙসিদি ঈবোইবী
হাঙহৌববা ঐগী পুন্সি ঈপাকসিদা
নীংশিংলি অদুম্মক নঙগী শক্তম
নাইতোম তাহৌববা ঐগী পুন্সিনা।

লাইমুজম বামেশচন্দ্র

# অঙনবা পুন্সিগী অয়ূক্তা নোংমা

অঙনবা পুন্সিগী অয়ূক্তা নোংমা
তোৰ্বান ৱাংমা ৱাংমদা মীৎচাননা
চন্নখি থন্মোয়দা নুংশি পাউখোং।

তাইবং পুন্সি ঈপাকসিদা
হোত্থমিন্নখি নঙ-ঐ
তংলদুনা পুন্সিগী মহাও।

নিংথমথা কয়াসু হৌখি
কালেন্থা কয়াসু চৎখি
য়ানশিন্নবদুনা অৱা-নুংঙাই কয়া।

ঙসিদি চল্লক্লি অমুক নৌহৌনা
মোংফমগী খাম্বী মৈবীনুংদগী
তাঙ্গোয ওল্লবা হকচাংদুনা
ফোঙওমদ্রবা পাউখোং কয়া'মা।

লাইমুজম ৱামেশচন্দ্র

# থম্মোয়দা শঙখ্রবা মচুনি

থম্মোযদা শঙখ্রবা মচুনি
পূক্লিংদা তাবিবা শক্তম্নি
লৈতাদ্রবা থম্মোয ইহুলবু
থেম্লিবা নঙগী নুংশিবনি।

পাউখোং কযা চল্লিবা
নুংশিনা যেংলকপা মীৎযেংলক্তা
পামজবা পাউখুম থিবিবনি
নঙগী থম্মোযনা ফোঙলকপা।

হাযনিংবা ব্রাহৈসু কযানি
তম্মিংবা খূদোলসু কযানি
নঙগী ঐগী মবক্তা
লৈবিবা অবাপ্পসে কোকহন্নবা।

ওজিৎকুমাব লুব্রাংচা

# খঞ্জিনখ্রবা মতমগী লৈরোলনা

খঞ্জিনখ্রবা মতমগী লৈরোলনা
কাউথোক্লুববা মল্লবা তাংকক্তা
লোত্তুনা লৈহল্লি অনৌবা
ৱাবী অমগী শৈহৌ।

যেংমিন্নখি চেক্লা মপাঙ
নুংশি চান্নবা পাইমিন্নবা
যেন্নীংথাগী অযূক অমদা
নুংওন ৱাখলদা ঙাওমিন্নখি।

কুইনা উবা ফংলুদ্রবা
মাযথোঙদো নৌহৌননা উবদা
অনৌবা যেন্নীং তল্লকই
মানসু ঐবু ঙাইবম্মী।

ওজিৎকুমাব লুৱাংচা

# অসুক নুংশিজবা নঙোন্দা

অসুক নুংশিজবা নঙোন্দা
নুংশি হায়জবসু ঙমজদে
নুংশি নপাউদি তানিংই
নপাউ হংবদি ঙমজদে।

নুংশিনা য়েংলকপা নতৌদা
থম্মোযসে খৈনা নুংঙাইজৈ
পেঞ্জবনা থল্লি পূক্লিংসে
নুংশি ইপোম মবকসিদা।

থম্মোযদা হৌবিবা নুংশিবা
থম্মোয়দা লোৎলিবা নুংশিবা
নুংশিবা পূন্নমক নঙগীনি
ঐগী পুন্সিসু নঙগীনি।

ওজিৎকুমাব লুব্রাংচা

# কায়ননি খঙনা নুংশিনবনি

কায়ননি খঙনা নুংশিনবনি
ওইনবোই খঙনা থাজনবনি
লাপথোক্লগনি খঙনা নকশিন্নবনি
তান্নগনি খঙনা উনবনি।

উহনগনু পিবাং মতমদুদা
উহল্লোই ঐসু নীংবা কায়বা
হবাওনা কাযনসি নুংশিননা
অৱা মাযথোঙ লোৎশিন্নসি।

নোংদম্বনা মপোক অসিদা
তৌবিবি অঙকপা ফাগি
লৈই মান্ননা চিংমিন্নবমদ্রবা
পুন্সি অনীবু উনহন্দুনা।

ওজিৎকুমাব লুৱাংচা

# হেক খল্লকপগা নঙগী ৱাখল

হেক খল্লকপগা নঙগী ৱাখল
হেক উবকপগা নঙগী শক্তম
লাকশিনবা ফাজিনবা ঙমদনা হৌবল্লিবা
পূক্লিংদা নঙবু নুংশিবৈ ঈহৌসে
কবম্না থিংনি, ইঙথহন্নি হায়য়ু।

তাদুনা লৈবে অসুম নাপ্পসিদা
নুংশিবা নঙনা হায়বকপা ৱাহৈশিং
পূক্লিংসিদা তপথহন্দনা হৌহল্লিবা ঈহৌসিনা
নুংশিবসে ৱাংখৎলক্লে চীংজাউমুক থম্মোযদা।

নুংশিবা ফাওবিবা মাযথোঙদো উবগা
পূক্লিংনা ইকাযবা ফাওহল্লিবা মাযথোঙসে
কৈদৌঙৈ কোকহনবিনি কৈদৌঙৈ মাঙহনবিনি
হাযবিযু ইফমদা নুংশিবা নঙনা।

ওজিৎকুমাব লুৱাংচা

# মিহৌলাংনা থল্লবা

মিহৌলাংনা থল্লবা
শাংল' পুন্সি লশ্বীসিদা
নহাক য়াওদ' পুন্সিদি
ওইবল্লেদো লৈকংলা
নহাক লৈতবা মফমসু
ওইবল্লেদো অহাঙবা ঙাক্তা।

হাদা মাঞ্জ পাম্মুবা
নঙনা ইনাক্তা লৈবিঙে
হবাও-মীনোক তম্মিন্না
ল্লাংপা কৌবদা লৈবমদে
মোমোন মীনোক্কা লোয়নন্না
পুন্সিগী খোঙথাং খূদিংদা।

নঙনা অসুম্না তামখ্রগা
মহাও যাওদ্র' পুন্সিনা
লেল্লেদো চাক্লা চাক্লা
থেম্বিনবা কনাসু যাওদ'
তূফাং কায়নববা চেক্লাগুম
মবোল থোক্ত খাঙলেদো
মখোল থোক্ত কপ্লেদো।

নোংমাইথেম প্রেমানন্দ

# পুন্সিগী খোঙলোয় ওইরিবা

পুন্সিগী খোঙলোয় ওইবিবা
নহাক্না অদুম্না শাউবগা
কায়বম্লোই খনববা ঐগী থম্মোয।

পিবাংলক্কী পম্বুংনা
শেমখিবা নুংশিগী লৈপুলনি
শাউবগা পকচদবা নহাক্না
থওজিনবিযু ইবালদু ঐঙোন্দা
নোকফেৎ তৌবা চীনবালনা
অমুক্তংদি যেংলকউ নুংশিনা।

নুংশিদবা যেংউনে
পীক্লিবা নুংশিগী খূদোলসে
নুংশিবগী পিবাংলক্তা
অহীক্লবা খোঞ্জেলগী মৈখূবক্তা
তাইবং মপুগী থৌজালনা
নোংদম্বিবা খুদোলসে নুংশিবগী।

নোংমাইথেম প্রেমানন্দ

# খোঙকাপ অমগী লম্বীদা

খোঙকাপ অমগী লম্বীদা
মীৎকা মীৎকা মীৎচানবসু
চীনবাল কাঙথোকপদি ঙমদবে
ওইবেদো নঙ-ঐগী পুন্সিসে
নক্লা লাপ্লববী।

তাইবংগী মীনোকপু কিবনা
থম্মোযগী ৱাসু ফোঙঙমদবে
মীৎযেংগী ৱাহন্থোক লৈখিদবে
এস এম অস কী পাম্বে নত্তনা
মোবাইলগী খূথাংদা।

থম্মোযনা মবোল লোল্লিবা
ৱাখলনা পল্লেপফম খঙদ্রিবা
মীৎকৃপ অমগী ৱাবীদা
পুন্সিগী ৱাহন্থোক লৈহনগে খন
অদুবু ওইখিবনা নঙ-ঐ
নক্লা লাপ্লববী।

লোম্বোক্তবী মেসেজনা
থৱাযগী পোম্থা ওইবিদো
হো মেসেজ নুংশিবী
নহাক্লা ঐগী পুন্সিনি
পুবক্লোগবা মাগী নুংশি মপাউ
তল্লবোগবা ঐগী থম্মোয ৱাকৎসু।

নোংমাইথেম প্রেমানন্দ

## থম্মোয়না মকা লামজরে

থম্মোয়না মকা লামজবে
চীনবালনা মোমোান নোকচবে
মহাক্কা উনববা 'তুংসিদা।

খল্লন্মী মীৎকৃপ খৃদিং
কৈদৌঙৈনো উনগদবা মহাক্কা
রাখলনা লাম্বা ফংলুদে
নীংশিং থোক্ত লৈবম্মী
মতম কযাগী মমাঙদগী।

মক্ল' মাযথোঙদা তাবম্বা
অমুবগী মচুদো
তৈথোকপিখি নুংশিবগী খৃৎশানা
নুংঙাইবগী ঈথক হৌবকখি
থম্মোযগী মবোল লোন্নখি।

হে তাইবংগী মপুও
ওইহনবিযু ঐখোয' পুন্সি
মীৎকৃপ খৃদিং নুংঙাইবগী
পৃংজা খৃদিং হবাওবগী
চৎমিন্নজগে লম্বীদুদা পুন্সিচৃপ্পগী।

নোংমাইথেম প্রেমানন্দ

# থাবল ইপোম মরক্তা

থাবল ইপোম মবক্তা
থাজ মাবু কল্লকচৈ
থাবল মানা লৈবমদ্রবা
থাজ মাসু শৈথাবল্লোই।

লৈনম চাউবী চিনিচম্প্রা
লৈনমদা খোঙ্গুল লীবনি
লৈবাং লৈনম চেল্লমদ্রবা
নাচোম লক্তা তিল্লল্লোই।

শক্কী নাপল কাজবী
লৈশক হেনবী নাতোনচাবী
ফজৈ হাযনতা শোনবনি
কনাগী নাপ্পদা চিন্নদে।

অখোম বাশো সিংহ

# নুংশি মায়কৈ হোংশ্রবী

নুংশি মায়কৈ হোংশ্রবী
কায়না লৈই চিংলম্বী
পিবাং ফিজং মকমদা
নুংশি লমদম য়েংজবি।

ঈংলা নিংথম অহিংসে
নোংথাঙ জগোয়না কপহল্লে
মৈশা চেল্লবা ঈচেলনি
মৈচাক খাঙনা হিংলেদো।

নুংশিগী খূদোল্লা পিবাংসে
থাজবগী পম্বুংলা কাযনবা
খুম্বিনবা লৈত্রবা ব্রাহংদা
পাউখুম ঙাইনা হিংহৌবে।

অখোম বাশো সিংহ

# খাঙলগে মৈচাক ইরালগীনি খন্না

খাঙলগে মৈচাক ইবালগীনি খন্না
লৈহৌবগে ইদোম লন্নানবা ওইনা।

নীংঙমদনা হৌখ্রবা নীংজবগী অয়ূক
লাক্লবোই অমুক কাযনবগী অহিংদা
ব্লাবৌবে ঐবু ইবালদুসু হাযবমদা
চৎখবে লাপ্পা মীৎযেংগী ব্লাংমদা।

উবিনবা লৈত্রবা মীৎলুগী পিবাংসু
লোৎলগে ইদোম থম্মোয লকানুংদা
মৈবী চূবন্নবা মৈচাক অমগী
মৈশা লাংহৌববসু মপোক অসিনা।

অখোম বাশো সিংহ

# পুন্সি অসিনা কপ্পা লেল্লবসু

পুন্সি অসিনা কপ্পা লেল্লবসু
লৈপুল ওইসিকো নঙগা ঐগা
মথংগী মপোক লাংওন অমদা।

নোংদম্বগী চাংয়েংদা নৈহৎলবা থম্মোয
য়াবৌবল্লোই অসুক চান্নবী নহাকপু
নীংবা কায়না হিংঙু তন্নম্বনা
মৈচাক্তি খাঙলমগে পুন্সি লোম্না।

কাযননি কাউকব্বা নুংশি লম্বীদা
লাপ্নখ্রবা নঙনি পুন্সিগী লমখাইদা
ঙাইবমগে থৱাযনা লাংওন অমদা
চান্নবী নহাক্কী অঙৌবা কুন্দো।

অখোম বাশো সিংহ

# কায়নরমদাইদা কপ্লিবা থম্মোয়

কায়নবমদাইদা কপ্লিবা থম্মোয়
কাউখিনি অসুম কুইববগী তুংদা।

পিবাংলক্তা তমখিবা পুন্সি লৈপুল
নোঙ্ককখিনি নোংমদি কংলুববা চীনবালদা
লোইনাইদবে খল্লুবা নীংশিংবগী ব্রাবী
লেপখিনি ঈচেল পিবোইনবী মীৎলুদা।

ব্রাকবনু থম্মোয় কাযনবগী ব্রাখলদা
নক্লবিঙে নীংশিংবা হৌনশানি নুংশিবগী
হিংবগী লানফমদি পুন্সিদা উবনি
মসিনি নুংশিনবা পুন্সিগা খেন্নবা।

অখোম বাশো সিংহ

# নুংশিবনি মতমদো

নুংশিবনি মতমদো
শন্নাং কোয়কক্লবিগে
চেগুইী শন্বাল লাংনগৈ।

জাতিকৃপ্পী মধুমতি
মালিকাগী লৈনমদো
উবীবৈ মাধবী
কাঞ্চি লৈকোল কাউনবে
চন্দ্রনদি ঈচেল কংলে
বাসমণ্ডল মদোম ৱাহৌবে।

পঙ্খৌ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাং
লাইয়ুম মাঙদা থাদুনা
শাবী-শানৌ কযানা
লিকোন শান্নমিন্নবা
নুংশি ৱাবী শাদুনা
থম্মোয় থম্মোয় শিন্নবা।

রণজিৎ সিংহ্ ইকংবা

# নুংশি মশক খঙজদ্রিবী

নুংশি মশক খঙজদ্রিবী
চন্নবী ঐগী থম্মোয়সে
হৌবক্কে ঙসিদি নুংশি ঈথক
নঙবু উকবা মীৎকৃপসিদা।

মীয়াম লক্তে খঙশিন্নদা
লোন্না লোন্না যেংলক্লিবা
উবল্লোই হায়না খনববা
মীৎয়েংদুননি নতৌদুননি
থম্মোয় ঐগী ঙাওহল্লিবা
লৈফম চাফম খঙহন্দ্রিবা।

খঞ্জকবা ঐহাক্কী
ইবাল ওইহৌবদবা
নুংশি মঙলান চৃপচবিবী
নৌজবিবী লৈবাং ঐবু
কায়না মৈশা লাংহনবিনু
লৈমাযথক্তা কেনহনবিনু।

বণজিৎ সিংহ ইকংবা

# চীংলোন লান্না কোয়রুরে

চীংলোন লান্না কোযরুবে
লমদম কযা যৌরুবে
ঐদি কনা উবক্তে
নহাক্কুম্না নীংথিবী।

থাজ লৈপাক যৌরুবে
হৈবোং পাম্বী কাকুবে
থেংনবক্তে কনাসু
নহাক্কুম্বী শকহেনবী।

শোবাবেনসু যৌরুবে
অম্বাপুব হৈকোল চঙলুবে
হৈবাং লৈবাং চূমহৌদে
নঙগী মাযথোঙ উদবনা।

নিংথৌ তুবেল লাল্লুবে
খোংজোম্নুবী মকা যৌরুবে
উজবক্তে কনাসু
নহাক্কুম্না ফজবী।

রণজিৎ সিংহ ইকুংবম

# নুংশি নপাউ তাখিদবা কুইরে

নুংশি নপাউ তাখিদবা কুইবে
কবম লেল্লি চান্নবী নঙবু।

লৈবাংনা মবোল থোক্লিবা
হৈবাংনা পাউদম্বা ঙল্লিবা
নঙগী নুংশি ইথিলননি
লাক্লো ইঙা নোংজু ওইনা
ঈংহনবিবো চাক্ল' থম্মোযসে।

ঙাইজবতনা ইথৌদাংনি ঐগীদি
ঙাইখিনি ঐদি নঙনা লাক্লিফাও
নঙনা ঐবু থাদোক্লমদাই
কৌখিবদো পাম্বে লৈজদ'
ইথানুংদগী শেৎপিখ্রবী নঙগী
নুংশি নপাউনি ঙাইবিবসে ঐনা।

বণজিৎ সিংহ ইকংবম

# অদুঙৈ লমতাগী মেঙলবা থানিল

অদুঙৈ লমতাগী মেঙলবা থানিল
কাউবগে খল্লুবা নীংশিংবা মহেল্লি
উবগা ঙসিগী লমতাগী থানিলসে।

ঈংলবা যাচংবগী চীক্ল' পূংফমদা
খঙহৌদ' লেপ্লখিবা মানা ইমাঙদা
মাযথোঙ লূক্লা ইকাযনা ঐনা
হায়নিংবা পূম্বা কাউখি মীৎকূপ্তা
মসিবা নুংশিবা হায়বদো।

হাযজবা ঙমহৌদ' লূপ্লবা চীনবালসে
ব্রাবৌজৈ ঐতনা চীক্লবা অহিংদা
পাম্মুবা মানা চৎথ্রবা মতুংসিদা
খাঙজবি ঙসিসু নীংঙমদ' থম্মোযনা
লাকপবা ঙাইজবি পাম্মুবা মাতবু।

বণজিৎ সিংহ ইকংবম

# তাল্লবা লমদমদা লৈখ্রবা

তাল্লবা লমদমদা লৈখ্রবা
চেক্লাগুম নাইতোম পাইখ্রবা
কাউবগে খনবা ঙমজদবা
নীংশিংবনা থোইনা রাহল্লেনে।

নীংশিংবা খূদিং থম্মোয কায়খিবা
থেমজিঞ্জবা ঙমজদবেনে
অহিং নুংথিল অনীমক্তা
রাখলগী পোৎলূম পুদুনা লৈবে।

রাবৌজবা হৈজদ্রবা
থম্মোযনা ঐগী ঙসিদি
রাবৌবা হাযদু ওইবমাল্লে
পিবাং তত্তনা শীল্লবক্লেনে।

খাঙেনবম ইবেতোন দেবী

# লাঙ্গোয় চল্লে ঐগী পূক্লিং

লাঙ্গোয চল্লে ঐগী পূক্লিং
লাঙ্গোয চল্লে ঐগী থম্মোয
নঙগী নুংশি য়াখলনা
নীংশিং নীংশিং হন্না হন্না।

হৌখিবা নুংশিগী থৌদোক কযা
নীংশিং নীংশিং ঙসিসু
থম্মোযদা লাইমন ওইহৌবে
পূক্লিংসে পোথাহন্দবেনে।

থাবল ফববা অহিংসিদা
থানিল মাযথোঙ ঙমজবী
নঙগী চেঙলৌ উদবনা
লৈতাদবে ঐগী পুন্সিসে।

খাঙেনবম ইবেতোন দেবী

# কোরৌ মালেম লৈকোয়পুংসিদা

কোবৌ মালেম লৈকোযপুংসিদা
থিকই ঐনা নঙবু
অউপ্পা উনা লোংদুনা
অবোংবা উনা উপ্তুনা।

লৈবমদ্রে নঙদি মফমকৈদা
থম্মোয কাযনা হল্লকখি ঐ
নোংদমখোলসু কনমল্লি
পাখঙ ঐগী লাইবকসিদা।

চীংলোন লান্না পাইখ্রববা
অৱাংবা কায়দোং থিখ্রববা
হাদা চেক্লা নুংশিবী
ঐগী থৱাযনা খোযজংবী।

খাঙেনবম ইবেতোন দেবী

# মালং ইপাল লাংনা শাৎচবী

মালং ইপাল লাংনা শাৎচবী
লৈবাংনি নঙদি লৈনুংশি।

খঙখিদে নঙদি কৈদৌনুং
ননম্না নঙগী যেক্লবনি
ননা-নউদা তিংখং পাল্লবসু
অপাম্বনা লাঙ্গোয় চল্লেনে।

নাবক মোংশোংনা শাৎফম ওইবসু
কল্লকপনা মাযকৈ শীল্লেনে
হেক্কদবগী খৃৎশা কযানা
নুংশিত্তা জগোয শাববেনে।

শাৎলু অদুবু লৈবাং শাৎলু
লৈকা ফন্না ননীংতৌনা
তাইবং হৌনশা ওইবনি
কল্লক-মিহৌ মীৎযেংসিসু।

খাঙেনবম ইবেতোন দেবী

# অহিং থেঙল-থেঙলগা

অহিং থেঙল-থেঙলগা
মৈচাক হেন্না ৱাযবকই।

নুংশি নঙগী মৈচাকসে
কল্লি কল্লি ফনা কল্লি
কায়নখিবসু লোইদাম কুইবে
উনখিদবসু কুমজা যাল্লে।

কুইবৱকুইব হেন্না চাকই
কাউবগে খল্লগা হেন্না নীংশিংই
থম্মোয খোনগী মৈচাকসে
কনাদবু লীকসিগেনে চান্নবী।

ফোঙঙমদ্রবা মৈচাক্তুনি
হেন্না হেন্না মৈৱাযবক্লিবা
লীদুনা থল্লকপা মৈগী চীংগুম
পোকখাযবগে খল্লমাল্লে ঙসি।

খাঙেনবম ইবেতোন দেবী

# তনিক্ল চীনবালদা ফোঙঙমদ ৱাহৈ

তনিক্ল চীনবালদা ফোঙঙমদ ৱাহৈ
মীৎস্না থম্বালদুদা পিগী ঈবা
উনবিবসে অবোইবা নুমিৎনি
ঐখোয়নিগী নুংশি লম্বীদা।

ঙসিদি নঙনা কপ্লি ঐগী
হয়েংদি নোকখ্রনি মীগীদমক
হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱাবী কযাসু
লৈবোল চনখ্রনি খঙবিদা কনানা।

কাযববা থম্মোয়সে তেংথাজবিবা
নঙবু উবগা মৈচাক হেল্লিবা
পিবাংসে নত্তনা লৈজদে ঐগীদি
অবোইবা খূদোল পীনবা নফমদা।

থৌদাম নেত্রজিৎ

# নীংশিংবা থোক্লবা মতমসিদা

নীংশিংবা থোক্লবা মতমসিদা
উইল্লে নঙবু মমি-শামি
খল্লুবা মীৎকূপ খূদিংদসু
চৈনাতা পীববে থম্মোযসিদা।

ইঙাই নোংজু লোইখবে
থাজ মাসু তাখবে
ৱাখলনা নঙবু কাউদ্রবসু
তৎখিবা কুইবে নুংশি লংলা।

পিবাংনা থূম্লবা মীৎলু নাপোমসে
ঈচেল ওল্লক্লে থিংঙমদবে
অচীকপা খূদিং মৈশা ফংলে
যূববে থম্মোযদা নীংশিংবৈ তিংখংনা।

থৌদাম নেত্রজিৎ

# তথকপী মীৎস্নাদৈ শীঙ্খবা পিরাংনা

তথকপী মীৎস্নাদৈ শীঙ্খবা পিবাংনা
তাখিবা খঙহৌদে থিংঙমদা লৈমায়দা
অবোইবা মীৎয়েংনা নীংঙমদা য়েংখিবা
নীংশিংলি ঙসিসু অহিংসে উবগা।

তাবমদাই থাজনা তূমিন্না লেপহৌবা
নুজাগী মায়থোঙনা লৈমাযদা নোনখিবা
হাবৌনা কপখিবা নতৌবু উবদা
থৱান লীক্লাংনা তনিক্লা খাঙখিবা
নীংশিংলি ঙসিসু অহিংসে উবগা।

চোইজাইনা কেল্লবা থাবল্লে লৈবক্তা
নহাক্লা ফমখিবা মাযথোঙ মকশিন্না
তনিক্লা যেংজখি নোক্কনবী মাযথোঙদা
নোক্কনবী মাযথোঙদা পিবাংনা চোৎলম্বা
নীংশিংলি ঙসিসু অহিংসে উবগা।

থৌদাম নেত্রজিৎ

# অথেঙবা অহিংগী থাজবু ঙমজবী

অথেঙবা অহিংগী থাজবু ঙমজবী
ৱাববা থম্মোয়বু পোত্থাহনবা ঙম্বী
তাখিদবে নঙগী নুংশিবা খোঞ্জেলদো
উখিদবে নঙগী শুমহৎপী শকফমদো।

তাইবংগী কনাসু খঙখিদ্রবা
নঙৱঐগী নুংশি মবীনি
অচীকপা মতমদা অথেঙবা অহীংদা
থম্মোয থম্মোয শিন্নখিবা
নুংশিদবা মতমদো অদুঙৈ নুংশিবা।

নঙবু কাউঙমদ্রবা ঐগী ৱাখলনা
লাকখিনি নীংলুই মীৎকূপ খূদিং
তামখ্রবী নঙনদি খঙলবোই নুংশি-মৈ
ৱাবেদা ঐদি মৈচাকসে খাঙবদা।

থৌদাম নেত্রজিৎ

# নুংশিরুবনা ইরাল ওইররে

নুংশিকবনা ইবাল ওইববে
পামজক্কবনা মৈচাক হাপ্লক্কে
নীংশিংবদা থম্মোযসে কায়বে
মীৎলুদা পিবাং ঈহৌবক্কে।

কবম্মা মপোক্তা লঙজখিবনা
নুংশি যোৎছিং থাংলম্লগা
ঈযাইসিদা হুন্দোক্লম্মা
মসিবু নঙগী অপেনববা
কবম্মা নুংশি চাংযেংনো।

হিংখিসিবা পুন্সিসিবু
নঙগী যাইফবা যেংদুনা
নঙনা শেম্বিবা পুন্সিসিদি
হিংলুবগী ব্রাহম্লোক থোক্তবে।

থৌদাম নেত্রজিৎ

# চৎলোকো ইতা নুংশিবী

চৎলোকো ইতা নুংশিবী
নশাবী খোঙবু তুংইন্না
মৌগী শীংদা চল্লোকো
লৈশাগী পুন্সি থাদোক্লম।

তাইবংগী শিন্থা পাঙলিবী
লাইবক ফবী ইতাবোই
কবিগী পিবাং শীন্থবগে
মোমোন নোক্লা চৎলুনে।

অনৌবা খোঙথাং অসিদা
যাইফবতা ওইবসনু
লাইবক্তা তল্লবনি খন্দুনা
পুন্সিবু হবাওনা লৌশিল্লু।

জি এ ঘণপ্রিয়া দেবী

# ইমা কৈথেল নুংশিরবী

ইমা কৈথেল নুংশিববী
মালেমদা অনী শুদ্রবী
নূপী ওইবী কযানা
হিংনবগী লানফম মাযোক্লা
নঙগী তম্পাক্তা লাম্থেংনবি।

শাফোঙলদুনা নূপীগী শক্তি
লীবি ব্রাবী কথোকপগী
অযূক অমদগী নুংথিল অমা
নঙগী নশাইকোন্দা।

চৈনা চৈথেং থৌশাদা
নোংজু নুংশা থওইদা
খ্বাই কৈথেল মপূংযাইদা
তাক্লি নূপীশিংগী থৌনা।

হেনগৎলক্লি নোংমা নোংমগী
মযেক লাবা নঙগী শক্তমদি
লৈহৌবনি ইমাগী মিংলেন্দি
মূৎপা নাইদ হোংবা লৈত
নূপীতগী কৈথেল 'ইমা কৈথেল'।

জি এ ঘণপ্রিয়া দেবী

# মোমোন নোক্লকউ ঐঙোন্দা

মোমোন নোক্লকউ ঐঙোন্দা
লৈকোলগী লৈবাং শকহেনবী
খূৎলাম তোয়না কৌবকউ
লাক্লো হায়না ননাক্তা।

মালং মাগী তাম্থাদা
নঙগা ঐগা জগোয় শামিন্নসি
থাজগী ঈংলবা মঙালদা
ৱাবী শীংবুল লীনসি।

নঙগী থোৎলবা লৈনাবক্তা
অহিং খূদিং য়াবেকচগে
নঙগী নুংশি লৈনমদা
ঐগী থম্মোয পেঞ্জগে।

জি এ ঘণপ্রিয়া দেবী

# থাঙশাং পায়খৎলু নূপী

থাঙশাং পায়খৎলু নূপী
খ্বাংচেৎ লাকশিল্লু চেৎনা
শেম-শাবো লাঞ্জও অমগী
মীহাৎপা লমহেনবশিংগী মায়োক্তা।

কবিগী কপকনি কাচিন্দা
মহাভাবতকী কুন্তিগুম
ফিজীনা নমায় খুমদুনা
লাঞ্জদবী নহাক্লা।

হায়বগনু কৈদৌনুং
তোল্লবিনি পাঙ্গল শোনবিনি
কাউবববা নখোযবু
নূপীলানগী পুৱাবী।

হুন্দোক্লিংবা মফমদা হুন্দোকপা
শান্ননিংবা মতমদা শান্নবা
শান্নপোৎ নত্তে 'নূপী'
শা ওল্লবা নূপাশিংগী।

জি এ ঘণপ্রিয়া দেবী

# মনীং তন্বা লৈশাবিনি

মনীং তন্বা লৈশাবিনি
অতিয়াদা পাইবিবা উচেক্কুম
মীৎয়েং কাবন চল্লক্কনু
ঐবু ফাগে তাল্লক্কনু।

ঐগী জগোয় য়েংলু লাউ
ঐগী ঈশৈ তাক লাউ
মপু পান্দ্রি হায়দুনা
নঙগী ওইগেতদি হাযবক্কনু।

লুবেদা লুবেদা ঐদি
মীবকসিদা হিংগদবা
ইবাংদা লাওজবী ইতৌসে
লমহেনবিনি পাউথোকপিবে।

জি এ ঘণপ্রিয়া দেবী

# খঙহৌদ চুবকপা কুমগী নোং

খঙহৌদ চুবকপা কুমগী নোং
কপ্লিববা নঙ কনাগী মৈচাক্লা
নীংশিং নীংশিং লেপ্তুনা অসুম।

কালেনগী মৈশাদা ঈচেল তপ্লবী
নোক্লো ঙসিদি হবাও মীনোক
নোংজু ঈশৈ শক্লা শক্লা।

কবিগী মিপাইবি হে পূক্লিং
নোংথাঙগী জগোয়দা নোংজুবু নীংশিংনা
নোংমা শীন্থখিবা পিগী নোংলক্তা।

মতম কুইনা উনদ্রে হাযবগবু
কাযনবে হেক্তা হাযবসিবা
লাপ্ল-লাপ্লবগা হেল্লক্লি মৈচাক্তি।

সলাম শান্তিবালা

# লাইবক্তা তল্লমদ্রবা মপোকসিদা

লাইবক্তা  তল্লমদ্রবা মপোকসিদা
নীংজবা নঙতদি লাৎচগে থম্মোয়না
নঙগী ৱাশক ঙাক্তুনা ঐনা
লেল্লগে পুল্সিসে ইতোমতা।

কনাগী শক্তম  নত্তে লাৎচবসে
নুংশিবা নঙতনি পাম্মুনা থমজবা
নঙগী য়াইফবতা খন্দুনা হিংলগে
মথং মপোক ঙাইনা লেল্লগে।

চৎখ্রবসু নঙদি থাদোক্তুনা ঐবু
ঙাইবিবনি লাকখিনি খন্দুনা
নুংশি চেঙলৌ উদ্রগসু অমুক
কায়নবনি খনবদি ঙম্লোই ঐদি।

সলাম শান্তিবালা

# থিংঙমদনা শীঙ্গরিবা পিরাংসে

থিংঙমদনা শীঙ্গবিবা পিবাংসে
উবগা নোক্লিববা নুংশি হৈতনা।

লোত্তুনা থল্লিবা মৈচাকসে
কনাগী নাপ্পদা তল্লবোই
কনাগী মফমদসু হায়ববোই।

অৱাবনা ইশকক ওইববা
নিঙোল ওইবী মপোক্লি
চীনবাল থোক্লা ফোঙলবোই
অচেৎপা পূকচেলনি নুজা ইহৌশা
ৱাবগা নোকপনি থম্মোযনা কপ্লসু
খঙবিনি কনানা নুংশি মৈচাক।

সলাম শান্তিবালা

# চেৎনা থমজবা নুংশিবা

চেৎনা থমজবা নুংশিবা
কবিগী পীবি কাযনা চৈথেং
থম্মোয়বু পীকবা ঐহাক্তি
অন্না-পোৎলূম পুবেদো।

নোংমা যেন্নীংথাগী অযূক্তা
লাক্লি নঙনা ইনাক্তা
নুংশি ঈশৈ শক্লা শক্লা
শুমহৎপা শক্তম্না শুমদুনা।

ঙসিদি শীন্থবে পিসে
মীনোক চাউববা খুন্নাইদা
লোক্তুনা থম্লে নঙগী নুংশিবা
ইদোম মৈচাক খাঙনা খাঙনা।

সলাম শান্তিবালা

# মীৎকৃপ অমত্তা কাউঙমদনা

মীৎকৃপ অমত্তা কাউঙমদনা
কবম্নবু হিংলসিগে ঐনা
নোংদম্বা মানা তম্লম্বনা
নুজা মপোক ব্রাহনববা।

পিবাং শীম্বুনা লেল্লবসিদা
কবম্নবু তম্লসিগে নফমদা
যাইফবি হাযনা পুন্সিসে
নহাক যাওদ্রবা মপোকসিদা।

উদ্রগসু হেল্লি মৈচাকসে থম্মোযদা
নপাউ তাদ্রগসু লৈঙমদে ঐনা
পোনগী চেক্লাগুম ইনীংতমদ্রবী
ওইবে ঙসি নুজা পুন্সি।

সলাম শান্তিবালা

# কনানসু খঙবিদ কনানসু উবিদ

কনানসু খঙবিদ কনানসু উবিদ
লেল্লিবনি ঐগী পুক্সিনা।

শাগৎচকবা ব্রাখলনা কায়খ্রবদা
মঙজকবা মঙলান্না কায়খ্রবদা
কবি ওইহৌবিবা ঐগী পুক্সিনা
কনানসু খঙবিদা কনানসু উবিদা
কপ্লিবনি ঐগী থম্মোয়না।

শাগৎলুবা ব্রাবীনা তৎখ্রবদা
নীংজকবা আশানা কায়খ্রবদা
কবি ওইহৌবিবা ঐগী পুক্সিনা
খঙলবোই কনানসু উববোই কনানসু।

কনানসু খঙবিদ কনানসু উবিদ
খাঙলিবনি ঐগী মৈচাক
খাঙলিবনি ঐগী থম্মোযনা
কনানসু খঙবিদ কনানসু উবিদ
খাঙলিবনি ঐগী মৈচাক।

বোজিকা নাউবেম

# মীগীনি খঙনা নুংশিরুই নঙবু

মীগীনি খঙনা নুংশিরুই নঙবু
ঐগীনি খন্না ঙাওজরুই নঙবু
লমহেল্লবী থম্মোয়সিনা।

শাগৎচরুই নীংজবা কযাসু
নঙগী ঐগী তাইবং অমদা
মঙজরুই মঙলান কযাসু
নঙগী ঐগী তাইবং অমদা।

মঙফাওনগনি থাজদ্রবা মঙলানসে
মঙলবোই হায়বসু মঙমদে থম্মোযসিনা
ওইথোক্কনি থাজদ্রবা ৱাখলসে
খল্লবোই হাযবসু মঙমদে ৱাখলসিনা।

খঙবিগনি থাজদ্রবা নুংশিবসে
নুংশিববোই হাযবসু মঙমদে থম্মোযসিনা
মীগীনি খঙনা নুংশিরুই নঙবু
ঐগীনি খন্না ঙাওজরুই নঙবু
লমহেল্লবী থম্মোযসিনা।

বোজিকা নাউবেম

# করিগী চৎলি থাদোক্কুনা ঐবু

কবিগী চৎলি থাদোক্কুনা ঐবু
কবিগী চৎলি মীবাযদুনা ঐবু
তাক্লমখো ঐগী ইবাল
হায়বমখো নঙগী পেন্দবসু।

কাউববা নঙগী ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিদো
নীংশিংদ্রববা ইবানিগী হৌখ্রবা মীৎকৃপশিংদো
কবিগী কাউবিবনো নুংশি হ্লাবী
কবিগী ঙাক্লিবনো নুংশি হ্লাশক
কবিগী চৎলিবনো নাথৈদুনা ঐবু।

লেপখিদব্রা ঐবু নঙগীদমক
খনখিদব্রা ঐবু নঙগীদমক
নঙতগী লাইনিং ওইজখিবা
নঙতগী খনবদা হ্লাজখিবা
ঐগী থম্মোয়নি ঐগী পুন্সিনি
কবিগী চৎলি থাদোক্কুনা ঐবু
কবিগী চৎলি মীবাযদুনা ঐবু
কবিগী চৎলি নাথৈদুনা ঐবু।

বোজিকা নাউবেম

# শকউদ্রিবা নহাকপু খোয়দাজকুই ঐনা

শকউদ্রিবা নহাকপু খোয়দাজকুই ঐনা
শক্তমসু উদ্রি নতৌসু খঙদ্রি
খঙহৌদে কবম্বা মীৎকৃপ্তা খোয়দাকুবনো।

খোঞ্জেলতমক তাবদা লাঙতক্লে পূক্লিংসে
নপাউতমক তাবদা পেঞ্জেনে থম্মোযসে।
নুংশিহৈবা নহাক্কী থম্মোযদুবু ঙাওজকুই
মক্তুবা নহাক্কী পূকচেলদুসু কল্লকচকুই
ঐগী কঙাওনববা থম্মোযনা।

শকউদ্রিবা নহাকপু নুংশিজকুই ঐনা
শক্তমসু উদ্রি, নতৌসু খঙদ্রি
খঙহৌদে কবম্বা মীৎকৃপ্তা নুংশিকুবনো।
খোঞ্জেলতমক তাবদা লাঙতক্লে ব্রাখলসে
নপাউতমক তাবদা লৈতাজৈ পূক্লিংসে।
নীংজবা কযাসু শাগৎচকুই
মঙলান কযাসু মঙজকুই
ঐগী ঙাওববা থম্মোযনা।

শকউদ্রিবা নহাকপু খোযদাজকুই ঐনা
শকউদ্রিবা নহাকপু নুংশিজকুই ঐনা
নপাউতবু তাবগা লৈতাজৈনে পূক্লিংসে।

বোজিকা নাউবেম

# ঐনা ময়েক নাইবী শেং

ঐনা ময়েক নাইবী শেং
পাববা ইনফিবু ইন
নাদা নাচোম শমজিবৈ থেং
খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ হঙ্গাম্মপান মচুগী

লাই হবাওবগী লাইবুংদা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
জগোয় থৌগল তৌজবদা
নঙনা থব্রায তানা যেংজখিবা

নঙনা থব্রায তানা যেংজবদা
ঐনা ইকায়না খুৎথেক তমজখিবা
ঙসিদি নঙনা যেংবিদ্রবদা
ঐসু জগোয় শাববোই।

লৈশাংথেম ইবেয়াইমা

# নুংশি নঙগী নশাইকোন

নুংশি নঙগী নশাইকোন
পাম্মু নঙগী নবানযাই
হেল্লিনে হেল্লি পুম্নমক্তগী
যেংলুবদা পুক্লিংনা খোযদাজবে

মপোক লাংওন খূদিংদা
নুংশি নঙগী নবানয়াই
লাইবৈবাক্নি খনজগে ব্রাখলদা
নঙবু লাৎচগে থম্মোয়নুংদা

মপোক থীনা পোক্লুবনা
তাইবংগী অকনবা নোংলৈলক্তা
খাঙঙমদা লেল্লিবা পুন্সিসে
ব্রাবে কৌবতা হায়ববোই

লৈশাংথেম ইবেয়াইমা

## অহিং তাংলৌনা থেঙলকপা

অহিং তাংলৌনা থেঙলকপা
থাজনা তাবমদাই যৌবফাও
মীৎ উইশিল্লু যাদ্রে ঐদি
নুংশি নঙগী ব্রাখলদা

কনা উদ-খঙদনা ঐগী
থম্মোযনুংদা ফাওবক্লিবা ব্রাখল
নঙগী নুংশি ব্রাখলনা
শান্নববে থম্মোযগী কাখলশিংদা

অহিংসিনা লোইখ্রবদা
চৎখ্রবসু থাজ মানা ইনাক্তগী
নুংশিবা নঙগী ব্রাখলদি
চৎখবো হাযবা যাদবে ইনাক্তগী

লৈশাংথেম ইবেযাইমা

## কুমগী নোংদি য়ৌরক্লে

কুমগী নোংদি য়ৌবক্লে
পাম্মু শক্তমদি উখিদবে
নঙবু কৈদনো লৈবিবা
লাক্লোনে ইনাক্তা চান্নবা

নঙগী ব্লাখলদা কপ্লিবা
কপ্লিবা থম্মোযবু থেল্লো লাউ
নঙগীদমক শীল্লবিবা পিবাংসে
তৈথোকপিববো নঙগী নখূৎমক্লা

ইঙাগী নোংজু কপচেৎপীনা
ঐবু উবগা নোক্লবিবে
নঙবু লাকপা ঙাইবদা
পুক্নিগী চেঙজেন লোইখিদৌবে

লৈশাংথেম ইবেয়াইমা

# তাইবংগী চৎনবীনা পুনশিবিরবা

তাইবংগী চৎনবীনা পুনশিনবিববা
নুংশি ৱাবী নঙগী ঐগী
কনাদবু লীবগা ইবান্নীগী ৱাবীসে
কবম্না পেনগনি কায়ববা থম্মোয়সিনা

ইদোম লাকপা মীওই মপোক
হনখিনি নোংমদি নদোম ইদোম
খঙহৌদা মীকুপ্তা লোইখিনি পুন্সি
মৈচাক্লা নৈহৌনি থম্মোয় থম্মোয়দা

কনাদবু তাইনকনি পোক্লকপগী মহৈনি
নোকপগা কপ্লগা মচিন মনাওনি
মীওইবা খুদিংগী শকক তম্বিবন্নে
ঙসিদি লোইখবে ইবান্নীগী ৱাবীসু

লৈশাংথেম ইবেয়াইমা

# ঐগী লৈ নাচোমসিদা

ঐগী লৈ নাচোমসিদা
লোন্ন-লোন্না তূমিন-তূমিন
পাখঙ কযা ঙাওনবে
থম্মোয কযা চাক্লবে।

খোইমু অমা পাইবক্লে
নাচোম লৈদা তোংলবে
পাখঙ পূক্লিং পাখৎনবে
ঐনা মোমোন নোকচবে
মতৌ যেংবদা পেঞ্জবে।

মখূৎ তিংথোক্লুনা লেপ্পবে
থম্মোয পীযু নিববে
ঐসে ঈশৈ শক্লিংলক্লে
মখোয খূবাক খূহন্নিংলে
লৈমা জগোয নীংশিংলক্লে।

উলেন্‌ মীতৈ

# শিদৌবা ঐসে তল্লিদা

শিদৌবা ঐসে তল্লিদা
অসুম নহা ওইনিংইদা
হে! লাই ঐবু শেম্বীবা
শিদবসিবু যাববোইদবা?

ফজ-ফজবা লৈশাবীশিং
য়েংনিং-য়েংনিংনা শুমহৎপশিং
অসুম মখোযদি লৈহৌখিনি
ইদোম ঐদি হনখিনি।

হে! খুইববা হে! হকচাং
শোম্থবি নোংম-নোংমগী
থম্মোযদি হেন্না নৌথোবক্লে
থব্রাযদি নুংশা থীবক্লে।

উলেল্ মীতৈ

# ঐদি নঙবু মঙদা উইনে

ঐদি নঙবু মঙদা উইনে
মতম অমগী চান্নবী
কবম পাল্লিবগে নহাকপু
অমুক্তং উননিংই কবম্লো।

খঙই নঙসে লন্নানবীনি
ঐগা মবী লৈনদ্রবীনি
নুংশিবা লৈবদুনা খল্লিবনি
নঙবু মঙদা উবিবসি।

নঙগী ঐগী পুন্সিসে
লৈই অমা চিংবসিনা
চৎনবী মনাক নক্লুদবনি
অৰা-নুংঙাইদি হংনিংই।

উলেল্ মীতৈ

# মাগা ঐগা য়েংনৈ

মাগা ঐগা য়েংনৈ
লেংথৈনদুনা চৎনৈ
হন্না হন্নসু য়েংনৈ
লম্বীসিদা লম্বীসিদা।

পূক্লিং মাগী ফোঙদোবকপা
তানিংবনা লাঙতক্লে
চীনবাল কাংগাংননা ঐনা
পাউখুম পীনিংদুনা ঙাইজৈ
হৌদোকপা ফজদে খল্লি
নুংশি হায়না হাযনিংই।

ঐনা ঐসে কাউখবে
শকখঙদবদুদা লূপখবে
ৱাখলসে মঙদি ওইহন্নিংদে
তিংথোক্লিবা খূৎসে ইকায়হন্নিংদে
হাযবা ঙমদবনা চাকচবনি
কবম্বা থম্মোযনো চৈনিংবনি।

উলেল্ মীতৈ

---